# নুংশি থৌরী



মঙ্গীস্না

ফংফম :—লাইরিক য়োনবা দুকান পুন্নমক্তা।

মমল লু: ৩·৭৫

# ফোংদোকচরি

ঐগী লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা হকচাংসে থোই-দোক্লা মুঙাইবা অমা কাওইবা। করিগীনো থংদে মতম খুদিংমক্তা বসন্তদা লাক্লবোই হিংই। করি হায়রগনি "নিঙোলশিং চাক্তৌবা চৎলমদাইদা হরাও ওয়াম্না থুজিল থুরা কোংজহনা ইকয়োরগনি থন্দুনা মুঙাইজবগুম, ঐসু মুঙাইহনবা অহুম মরু ইরিবঙেসিদা। কনা অমত্তগী খোঙ্গেল তাদে, ইনাক্তা মী লিশিং অমা লাংলবা কাওবা।"

অহুবু পাবীক্লবা মীওয়রশিংনা, খুৎই ওয়রনা লৈরিবঙেদা হায়-বীথি। অরোইবা মতাংদুদি হিজম অঙাহলগী "জাহেরাগা" মাইগ্নে। ঐসু কোইথি থিহনা য়েংবদা থরমথৈথদি মাময়শা। হায়র্নিংঙাই লৈতনা মুঙাইবে।

অমুক্তা হেন্না মুঙাইজবা অমনা শ্রী ওকেন্দ্রো সিংহ, মণিপুর মহারাজগনু তাং ১০-১১-৭১ ইংগী মুংথিপ পুং ২, তাবা মতমদা শকথংনজহনা মৈতৈ ইমাগী থাক্লেলেংবা মচা অমবু মচিন মনাও ওয়রবগী থানবা ম্রাত্রবা মরি অছ্ লংলা লংজিন থংলকপা অদি-গীদমক্তা ইমানমু হরাওজবগুম্না ঐসু হরাওবে। লাইরিকসিংগী মরিদমু অম্নাম্না পোৎলুম পুবীথিবগীদমক্তা মপোকসিমগী কাও-জরোই।

মমামগী

অইবা

তাং-১০-১১-৭১-ইং

ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

মঙ্গীন্নাগী লাইরিক "নুংশি—থৌবী" হায়বা অসি পাক্লরবন্সু নুংশিনবা শাবী শানৌশিংগী থম থেংবনি হায়বসিন্সু মমি অসিনা অচুম তাকই। মৈতৈ সাহিত্যদা মচাক থব হাপচিল্লক্তনা লৈত লাইরা কয়া থাদোক্লনা হেংনরিবা অসিগীদমক্তা ওন্নন্সু হৱাওদবা ওমদে। মচা ওয়বশিংনা চাওরক্লগা মমা মপাগী মরি থিগংলকপংঙম, মহাক্লন্সু মৈতৈ সাহিত্যগী, য়াম্না নৌনা হোংনরকপা অসিগীদমক্ত থোইদোক্লা নুঙাইজবা পোকচৈ। মতুংদন্সু অকিবনা থল্লবা মদি তুজুংনিংঙাই ওন্নরবা লাইবিক কয়া সমাজ অসিদা মইববাকীদমক্তা ওয়না পুথোনকথিগনি হায়নন্সু মাগী ৱাহৈ কয়াদগী থংবা হুন্সা।

অরোইবদা মহাক্কী লাইরিক অসি থাগৎশেংনমক সমাজগী অচৌবা কান্নরবা পলবু নমথেক্লনা "নুংশি থৌরীনা" অমুক য়াম্না কনখিবদগী অঙাওবা ওযনা লৈখিবা, মচিন মনাও মশক থংখিদবা, অসিবু থনজিল্লরগা পাওতাক থব পী। হৌজিক্কী সমাজন্সু অসিগা চপ মান্নগনি। নুংশিবনবু কা থেন্নবদি সংসারসে করিন্সু লৈতনা থল্লি। লাইবিকসিদা মরু ওযব শক্তম লোইরবা ইবোহলনা নুংশি মৈচাক্লা ঙাওহুনা থরাইদগী চিংনা মাগী শাইগ্র নাইতে লাওবা করিন্সু লৈতনা থনখিবদগী ঈপেং তাবগা হবাওঙখিবওম, নহারোল পুন্নমক্লা মইবাক্কী ঈচেলদা শিন্না চংবা নাইদনা চেল্লত্রনা নুঙাইজহনবিংই।

নখোয়গী

ইম্ফাল, ওকেন্দ্রো সিংহ

তাং ১০-১১-৭১ ইং (মণিপুর মহারাজ)

# নুঙাইজরে

লাইরিক অসি থোংদোকপদা পৈশাগী মতাংদা খুদোং থর চাখদবা মরমনা, মতম কয়াম্মুক খুংই ওয়না নমসম্মুনা লৈরক-ববনি। অদুবু মরুপ মপাং অমদি ইথক থোংবা ইয়াম্বশিং থবগী মপান্দগী সমাজদা পুথোকচবা ঙমজরকপা অসিগীদমক্তা, ঐগী পুক্নিংনা লৈবিবমথৈ কাওবা ঙমদনা অচুম্বক লৈরগনি

## তেংবাংবিরকপা মীওয়শিং ঃ

১। রামেশগুপ্ত "হনুমান ওইলমিল", শিংজমৈ।

২। এম ডি: অজ্জাখান, "এম এ খান এণ্ড সন্স," ইম্ফাল।

৩। এন জি কুমারজি সিং এস এস বি সিঃ ও, ইম্ফাল।

৪। আর: কে লাইতংজম সিংহ, এ ই, পি ডবলিউ: ডি, ইম্ফাল।

৫। পি: শ্যামনাগর সিংহ, "শ্যামনাগর এণ্ড সন্স" থাঙ্গাল রোড

৬। এল অচৌবী সিংহ "অচৌবী সিংহ টিম্বর বুড" মোইরাং-খোম

৭। রাজ বিরেন্দ্র সিংহ "জোতস এলাসে" এসেমব্রা রোড

৮। ডবলিউ কুলমনি সিংহ "লেডিয়েত্তর", নিপ কৈথেল

৯। টি: ঐতচ: পালংভো সিংহ, কৈকেথেল বাজার

১০। আর-কে স্নাজাওবা সিংহ, শিংজমৈ বাজার।

অদোমগীদমক্তা

মঙ্গীস্না

তাং-১ ১-৭২

অমোবা চহি

# লাইরবগী খুদোল

ভুক্ষ: মমলবা অহিংসদ,
ইমরাগী মতেংশু য়াওদনা,
লম্যাংনববা ঐহাকপু,
কদোমদনো লম্বী থংদনা,
করম্না চৎসিগে হৈতোমম্তা।
লমডাংঙমববা চিরোইশু,
পাক্কব সাগর ওয়খলবসু,
মুতাহ নৈশক ছেদমক্তনা,
নোংগী তম্বাবু পাইরগা,
ধ্রুব তারাদা যেংলগ,
অরাং মাইথৈক লম্হৈদো।
কনাই ঐংগোন্দি কনাই,
লমচিংবীনবসু য়াওদনা,
চৌংচেপ্তা হৌবা লফুগুম,
মালং মাইথোংগা ওক্কনা,
য়ানা লেল্ল তমথবোহ।
লৈখিত্রবা শঙ্খোইগী থাওমৈ,
তাংদাংবা শকফমসু তাক্রমজ্রবা,
কোলোয় মথোয়গী মিংলেল,
পম্মো পোকপা “পারিজাৎ.”

মহাজীদি মপাগী,

পঙ্খোগীদি শানোত্তোন,

নোংগাঙ্কবা "অচৌসিং"

নোকরিকো ঐহারা,

সোবীম্বুকো "স্বংশি খৌরী" ।

রানা শেগা নৈচলানি,

সাইরবগী খুদোলনি,

রারো দ জা সোনবীমু,

চিʼন পরৈ খাংবীগ,

হরাও ভরাবীচনা,

কচ্ছরিবসিনা পেনবীমু ॥

মজীন্দ্রা

তাং ২-৮-৭১ ইং

# সুংশি খোৌরী



## অহানবা শরুক

শুরা ময়ুরবা মেরাগী থাশি অহিংনি। অসুকী মস্তক শুকখিবনা, হাংলবা অত্তিয়াদগী মালেম পৃথিবী লমদম ফাওবা লৈত্তাল অমুবনা য়াই তৈরবা ঋুমগী ফক্লা দো মডাই। চংপা ফাওবা থাওমৈ মৈরাগী মতেং নত্তনা, সংসারসিদা লৌশিং শিংলে য়াথল লৈরে হায়রিবা মীশক অহুনা ফাওবা, অশিবগী পাংথকুম তুমিন্না লৈখিহুনা, সুংগী মুত্তিগুম, লেপখিহুনা, মচি লেংহুনা খোংশানবা ওমলোই। থৌনা ফরবা মহাকনু মাইথিখিগনি অমথগী লাংসুংদা। মমলে হায়ত্তনসু নোংলৈ সুংশিং কন্দ্রবদি থরসু ফগদবনি। অরংপা লৈত্তনা নোংসু থাক্লকলি, অমসুং অমওবা নোংনা অমথগা মঙ্কপ শাক্লখিহুনা থরাম্বিচাকশিংবু হেক্লোকপা য়াদে হায়না বন্দিগুম শারং মথুংদা থমখ্রি। অরংবা থরাম্বিচাক মচা অমা ফাওবা উদে। তৌবদদি নোং মমিং থাকপগী মওাল অমুক অমুক খংহোদনা লাক্লু। খোংলকপা নোংগী খোম্বেলনসু মালেম অসি শেগাক কাইনা চিংথাইপ্রবোই লিংই। অকিবগী মশক্লি অকিবা!

খেংলবা অহিং চবুক অ'সগী, নোংমৈ মুংশিংকা মাইয়োক্লনা ডাকু কা'বু অমথকতি খদাংচেৎ, ১দি ফিজোল অমুবজনা লৈতেংহুনা য়াম্না শাখিব' মঙংদা য়ুম অমগী খোঙাল চংখিরম্মী। ডাকুশিং অহুনা থোং অহ্ নমথাইহুনা ইমুং চংলকপদা, য়ুমগী মপু, মচৈ মনা'ওদে, হোগৎলক্লম্মী।

ডাকু লুচিংবা অহুনা 'ন১' কদাইদা লৈ পীয়ু" হায়রকপদা মচৈ মনাও অ'নহুনা "মতুদ'দ হায়্‌বিগন্নু" হায়না চংশিন্দুনা মথোং কোঙক্লবদা থোংগাক্লা কাওথোকখি। তুমহুনা তুডাইনা য়াতাক্লবিবা অডা' অহুগী মনাক্তা চংখিহুনা তাপ পাইহুনা পমথৎলগা, নাকন্দ' য়েপ্তুনা থুনা খোরকপদা, মমা মপা অনিহুনস্থ কপ্না কপ্না য়ারবদা, মীয়্'শি থংত্রবা ডাকুহুনা নাকন্দগী পীসতোল লোখে'কক্লুনা অ'নরক থম্নদা থংহোম্না লৈমাই থক্ত' দম-দম হায়খহুনা অয়োইবা য়াহিপ তানথি।

মপান খোরক্লগ' য়ুমদো মৈ চুরম্নগা মহৈ-মহৈ থংহোদনা এাংনম্লে মুংশিংনগা অকনবা ওয়্'খবনে মথং—মথং শয়হুনা চাকখিবনা থুক্কংগী য়ুমা'স'দো উংকা ম'পে ওয়না তুমম্লে। কনানা চেয়খি, কনানা মৈরক্তুগী চোংথোক্লরকই, কনানা মৈরক্তা ক্লিং-ক্লিং চোংহুনা খা'উ, অডকপনি অডকপা! খুদিংমক মাগী মাগী থরাই হিংনববা হোংনবদা হন্না ফাওবা য়ে'বা ডামদে। শিখিবনস্থ মশিং লাকডমত্রবনি। মৈয়ীদনস্থ অতিয়া খেংনা য়াংঙ্গবোই নিংই। অকিবগী মশক্লি।

ডাকু কাংবু অচৌনম্বু লুচিংবা থক্তগা লোইননা অড়াং অচৌব হাংলগা ঈ লৌগদবগী, শাগোল য়াংন থোক্না জঙ্গোল তম্না লাক্লি। লুচিংবা অহনা চাং ৪০ শুববা অহল ওয়রপ তৌবা ডাকু অমদা অড়া ঙু হাংলগা ঈ লৌরক্লবা উংতোং অহুমথক্তা লোইননা পীরম্মী। ডাকু অনিগা লোইননা মখোয় অহুম মুংশি কী যমাং থানা শগোল থক্তা লাকপন', মমৈথ'দা মশোংবা জঙ্গলদো য়োররে। ডাকু অনিহু য়াথং ডাইত্থনা লৈরে। শগোলথক্তগী হেক-থাংথরকপদা অড়াংহুনা পাব-পাব হায়না ডাকু অনিহুগী নাক্ত' কাকৈ-কাকৈ চেনশিন্দ্রে। অংাংহুগী মতোদো উবদা মখোয় হায়নিংঙাই লৈতনা থম্মাই শোকখ্রে।

অড়াং অহু মুপানি নোইবন মশা' তদো ধন-ধন লাওই, মমাই ইপং প'লদন', ম'মং লাওক্লা তক্ক তক্কই। মাইকৈ কোইনা য়েংলুরগ ময় লাওনা কথংতুন। হকাম চাল্লি। অমুকম্বু ইসি সিন' নেকই। মতমদো অয়ুক্তা পু' ১০ হায়রক্লগনি।

অহল ওইরবা ডাকু অহুন। অড়াং অহু মু পাক অমগী মথক্তা থম্লগা থোরবা ল'লবা ছুবা অননা লেংহুনা হ'ংকদবগী থোরাং তৌহুনা শত্তোরকপদা, কপতে, ইপং পংনা মমিং তক্ক-তক্ক পাংলহুনা য়েংলি মুম্মা অহুম। মতো অহু উবদা থাং থাবা তম খিত্রে। লাই ওক্লরবা মীশকুম, অড়াংগী মতোগুম্না অহুম লৈরে ইপং পাংশিন্না। মখোয় অহুম কুপ্না থক্লবব' মতুংদা অড়াং অহুগী থবাই কল্লাসি লেপলে। অমম্বুং খিত্থব তৌদনা হুই অম হাফলগা

ঈ লৌহুনা উভোংদা হানজিল্লবা মতুংদা অভাংহুগা লোইননা জঙ্গোল অদোমদগী খোংশানদ্রে য়ুমলোমদা। ঈ উভোং অহুসু অভাং অহুগীনি হায়না খুম্নরে মহৈ মহৈ। অসুম তৌহুনা ডাকু অহল অহুনা অভাং অহু নিংথিনা য়োকল্লে মী থংহন তাহন্দনা।

ডাকুশিং অমসুং ডাকু লুচিংবা অহুগী মরমদা মকম অসিদা পাথকশিংগী পুক্লিং পেল্লবা শুগাইনা ইজবদা কলম মচিন ইকাইবা ফংলগনি। লাইরিক অসিগী ময়াই ওয়রকপদা মতাং চানা ফোংদোকচগে। অসিমথক্তুংদি হায়জবা ভন্মী মহুদি "ডাকু লুচিংবা অহু কনানসু মাইথিবা পীবা ভমলোই, অভাং অসিগী মখুত্তা থরাই মাংও, হায়বা লৈ"। হায়নবা মাইবী পাঞ্জিশিংগী মরাদগী থৌরাং-শিংসে তৌজিবনি।

অভাং অহু চহি অনিরোম হায়রক্লবনি। মমিংনা জিতেন হায়না কৌবনি। অহুবু মতুংদা করি ওয়রকপগে হায়বদো য়েংনসিকো। ঈশ্বরনা শিনবা তাইবং, মীওয়বনা ককথংপদি য়ানা থোকইদো। করিগুম্বা হোৎনরুরবসু চাওরবা ঈদি ফংহুনা সংসার অসিদা কুইনগী চংজকম পীদেদো। পুন্নমক মাগী খুজিল মক্তনিকো। × × × ×

চহি অহুম মরিরোম হোৎখ্রে। মৈনা চাকথিবা মৈত্তে খুনপাক্কী য়ুম পুন্নমকতো সরকারনা ক্ষেত্তিপুরন পীহুনা মাগী মাগী থোকপা অমুক নিংথিনা শাগৎলকলে। হায়রিবা খুজং অসিমকসু পোইরো পাৎকী চিদাহৎদা ইংনা চিক্লা ভাল্লিবা মকম

অমনি। থোবাল তুরেলনত্তু শাফু কম্না, হন্না কাওবা য়েংলমদনা অৎম চেঞ্জিল্লে। তুরেলসিগী অশোম য়াংমদন্তু পাঙল খুনপাক, পাক চাওনা তান্নিবদো শন্দোক্না উরি। সোম থংবা নাকন্দনা মৈতৈ খুনপাক কুংনা তারিবদো উবীগনি। মৈনা চাকথবগী য়ুম অয়াম্বদো অহনবা ঙাইহাক্তা ওয়্না তৌই। য়েংবদন্তু ওহ্নোক্না ফজরে। য়াংমা য়াংমদা তারিবা পাঙল অমস্তুং মৈতৈ খুনপাক অনিসে চথোক চশিনগীদমক্তা অনৌবা সরকারগী, অনৌবা থৌরাংগী লিতাল থোংনা, ইত্তৌ ঙৌনা মতেং পীরি। হায়রিবা থোঙ অসি লম্বী-হুগীস্তু মপা ওয়্না অহুম মতৌই। লম্বীহুগীস্তু সংকলোমদগী মপা চুম্না হায়জিল্লকপা, লৈরক অমনি। য়াইরিপোক রোঙনা থৌবাল কৈংেল অমস্তুং থোবাল তোমচিংবু লৈহৌরো কাইনরসি মতাঙম হুন্দোক্লগা অহুম লাকপন য়াংথেম মপা য়ৌশিংকপদা লম্বী মচা অমা চুম্না থোঙ অহুগীস্তু মপা ওয়রপ্পা হায়জিনাল্লবা লৈরক মচা অহুবুনি। ফজরে, নিংথিজরে য়েংবদ কোয়েং লমশাং তিংথোকপগুম পুক্লিং অসিস্তু ইনৌ নোথোকই। অহাংবা অতিয়া মকোইদা অঙৌবা উবোক পরেং পাইবতু মঙাই। অমম্বা অহিংদা অরংবা থরাম্মিচাক পরেং থোকপগা পাংথক্লুম্মী।

হায়রিবা লৈরক মচাসে অরাং পাংনা চুম্না অহুম লাক্লগা ওয়থংবা নাকন্দা য়া না চাওনা তাথংলবা, উপাল য়াপ'লমা মপুং ফারবা হিংথোল অমগী লৈপল থেংনবীগনি। হায়রিরা হিজোলদো অরাং পা'না লম্বীহুদা শরুক অহুম থোকপগী শরুক অনি-

রোম চৎলব' মতুংদা পিকতক তৌবা খোঙ্গাল মচা অমথক উগী কোম্বোংগা লোইননা ফাংলিবদো। অচৎ অওক্সা অহুম উবীগনি। হায়রিবা কোম্বোং অসি হা'ংদোক্লগা অতথ চংবীবকসি চুম্না অহুম, লেংওয়বপ্পা, অতুদগী লম্বাক্ত মথারোমদা খিস্তু' খেকচিন্নগা অমুক হান্নগী মাইকৈন্থদা ওন্দুনা লাকপনা চাউরবা মৈতৈ যুমশাগী যুমজাও অমা উনবীগনি। থাইনগী যুমশাদা মওং তানা শাখিবা যুমজাও ওইখ্বন ঈন' কুপ্পনম্ন য়েংশিবা থুদিংদা মীৎফম হোংবা যাবোই। যুম্বী ওযহুনা লৈতেংশিবা অহুম্ন থাইনগী কল্লবা উনিংথো চাক্তা ওইখিবন', থুনা হঙ্গাম খাও তৈবঙম ইর' ল'না নিংশিঙ্গৈ। যুমথুগী অকোইবদম্ন শঙ্গোই চাক্তা মীংকো অহাংবা মচেৎ অমত্তা লৈহন্দন', মপানগী অনৌ অপেন উবদ য়ান' খোকই মানগী শঙ্গোলদা যণ পীক খন্না লৈরিবা অহুম'দ চ'শিল্লব নতুনদি পাক উবা ফংলরোই। নাকন অমদ' শংগোল ৫/৬ পক শাঙ্কক চাবিবদো য়েনথা নাক-চিদা লেপ্পগা য়েংবদ' অহুম উবা ফংই। নিংথিজ্জে, ফজ্জপ্পে, য়েংবদা মীৎফম অ'ন শুবা য়'দেনা। মৈতৈ য়াইদা মপোয়গা যুমসিদি কোন্নুংশুবনি হায়বহ্ মডাইন্ত্রে। হিঙ্গোলগী মফম থুদংদা এন্থাং নাপী কযানা ইশং শনো শন্দোকল্লিবা মীৎফম অনি শনা কুপ্পদা য়ানা পোক্লরগ'ন।

হায়রিবা যুমসিগী যুম্বুরেলদ মথংশিংনা শুলাপসিং অমম্বুং লৈরম্মহলনি। মখোয় অনি অসি ক'লদা মীয়াইদি চল্লবা মীওই তাক্কনি অহুগা শুলাপসিংদি খর লৈশিল্লি। মমাংলৈগী থম খেংবা

শাথুনি। নিতি থুমিং থুদিংগী গুমিং মশক উত্রিবমখৈ চাক চারমদে অমস্তং নিংথমথাদদি য়াম্না বারম্মী। খোইদোক হেন্দোক্লা গুলাপসিং নিতিগী চন্দোল উপু অচোবা পুথোকতুনা তুলসিবোংদা রাধাদেবীগী মচুম থকতুনা, চন্দোন চাওনা খিনগা মালা চংতুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা মীংলগী পীরাং ফাওবা শিন্থৈ। থাজিশেংনা হায়রবদা মহাক বৈষ্ণবনি। আজকালগী মরী মথোং নকরদে, থাহনগী রাথপন। লাইওদা কা হেন্না থাজরগা অরাবা কোকচাববা মীশক্তি।

গুলাপাসং অমস্তং লমহল মতম কুইনা মচং ফংলুক্রবনি অহুবু ঈশ্বরগী কৃপাদগী নৌনা মতা সুপং অমা ফংজখি। মীপুম থরনা অঙাং অসি গুলাপসিংগী নাত্তে হায়না ভাংনবী। হন্নরগবু অঙাং উনবা হৌনদে। কনা অমনা অমুক হায় "অঙাং অসি লৈমহলগী অয়োনবা সুপাগী মচানি"। চিংনকমত্তু খোকই, চহি ৫০ গুগদোরবা গুলাপসিংনা কয়া অঙাং উনগনি। হায়নগে মথৈ হয়নঙসপু ভোবদদি অঙাং অসি গুলাপসিংনা হেক পোকচবা থকা অমা শাংত্রবা, থাদা অমা পোমত্রবা, অযুক হুংখিল সুমিং ওই-সুমিদাং থাজবু ঙমজরবা, ভাংনা ফংজরবা মপারী, কোলোই মাপী মীংলেম্না ইবোহল হায়না মীংথৈবা লৈমহল মমাগীদি থমোইগী মনিগুম্নবা গোকুলগী থাজনি। অরেম্বা লৈত্তনা ইবোহল নোংমা নোংমগী হম হম চাওশিনকনে। শরেল শনঙাক কাবক ঙমলক্রে। হৌজিক মশাগী চহিত্তু

৪/৫ মপুং হায়রক্লবনি। কুমগী নোংগৌ লাক্লগা পাক্লবা লবুক লমহাংদা ফৌগী চার কয়ানা নহৌরব্রোই মতাগুম হম-হম চাওজখিরকপহু মতাই।

মচাগী ফিবম অসিদা মমা-মপা অনিদো হয়াওবগী ভমথৈ লৈখিত্রে। থবক য়ানা শুজরূরবস্থ নত্রগা য়ামা শাওহনা লাক্লবস্থ মচাবু গেক উবদা পুন্নমক খাটই লাওনা মাংখি। তুরেলগী ঈচেলনা হম্থনা চেম্থখিবগুম মমা মপাগী অশেংবা থম্মোই, মচাগা প্রেমগী ঈচেলদা খিংবা ভমদবমথৈ চেম্থখি। স্থুপ চৎলমদাই মতমদস্থ মচাবু মকোক্তা নাম্থবীহনা থাদোকখি চিংনা চিংনা য়োংদুনা, থো-ঙ্গাল লাম্থোকপ্রবা ক্ষাওবা খুনিং কাংল কাংলদুনা হল্লকত্রবস্থ লাকত্রে করমনো হায়দনা গুংশা খিজবদগী মক্তেক থরস্থ চম্থনা য়োং-জরুই। অস্থুম তৌহনা হৌখিবা থংহোদনা চৎপ্রে মতমদো থব অহুম।

× + + +

লিতান থোং অহু লানথোক্লগা, পাওল খুনপাক অহুগীস্থ ময়াই ওইরপনা, তোরেলগস্থ নক্লনা অমদি থোংদুগস্থ মপা ওইরপনা চেক্লা হৌহনা শাবা, মথোল তহুম নাইবা জিংঘনা কুপ্পা য়ুম অম্মা থেংনবিগনি। মাইকৈ মরিদস্থ য়ুম কয়া ইরং লংনা শন-দোকখ্রি কুংনা-কুংনা। মকম অহুবাইগী মীশিংস্থ ইনাক খুল্লি হায়বা অহুম থংবা ভমই। মহুগী নাকন নাকল্লা তিম্না কুম্না শজোই মচা মচা কয়াযুকস্থ লৈখি। মখিদা লৈরিবা শংলোপ

থারি স্কুলদা নিংথিজ মুমিং খুদিংগী। অমত্তা পোকপগী হৌনবা শেংনিং চানিংবতা মতৌব', হরাও ভয়াম্না লৈনবা মীনাই মপী কয়ানা সেবা তৌ'র নিংত্রগী ফাগী ফরাংগা লোইননা। মচাগী হরাও তয়াম্নবনিবু হায়ববদি সেরনস্থু অতিয়াগী থ' হেক্লবা ফাওবা খৌবাং তৌত্থনা মইবরী। মচাম্মা হরাও তয়াম্ব' উরগা থমোইদা মুঙাইবগী ইথন্ন' অ্রাব কাহনা। হৌবকপগুম নোকচৈ থমোই পেন্না। ভাইহাক্তস্থ থাদোক্লদে, মংচাবান মনাক্তা লৈবা মোং চিংশিন-বগুম, নকশিংমা লাপথোক্লদে, থমোই-থমোই তিম্নহুনা।

× + + +

অদুগা তানিনথক নিংতমগ স্কুলদ চংথোক চংশিন তৌমিন্নতনা অমদি অয়ুক্কী গুংপাংগী লোইনত্তন লোববা অত্থু মীপুম খুদিংমক্কস্থু থেংনবীরমগনি হায়না এনশু আশা চাওনা তৌই। চংপদস্থু হয়কপদস্থ অমস্তুং স্কুলদা ফম্নদস্থ পুন্না পুন্না অহুম লোইনত্তনা মরৈ। ভাইহাক্তু থাদোক্লদবা অসিনা অভাং অনি অসি অশুক্কা মতিক চাংবা হায়বা তাকই। নোংমতং উনদবদা থরাই ইঙ্গং মুঙাইনদনা কপ্পুনা অত্থুম লৈন-২, থবক ইংথাং অমত্তা তৌদব-মথৈ মীং কৌনত্তনা, শোন্দুনা অহুম মরৈনৈ নিঙাই তৌন'-২। মথোয় অনিগী প্রেম অসি অশুক্কা মতিক কম্লক্লে। অরৈ অরৈবা কয়াস্থু চামিন্নৈ। লমহাং তুমহাং ১দি চাংয়া তময়াদস্থু চংমিন্নতনা হৈজ্জামপেং হেক্কনা চামিন্নে, শান্নমিন্নৈ, কোইমিন্নৈ, মীকুপ খুদিং থাদোক্লদে, থবাইগা হকচাংগা থাইদোক্লবা য়াদবগুম।

অমুম তৌহুনা অড়াং অনি অসি ক্লাস কোর কাহুনা, সেকসন হৌনখিবদগীদি, অনৌবা লাইরিক লৈহুনা পুক্লিং চংনা মহৈগী লম্বীদা খোংদাব হৌখ্রে। নোংমত্ত স্কুলদা শক্তা শক্তা উমহৌদবদা মীংমী কোনহুনা কপলৈ। ওজাশিংনসু অড়াং অনি অসি অঙ্কদগী চিংন সবজেক্ট থুদংমক কবগীদমক্তা য়াম্না লুনা তৌই। ডাইহাক্তসু থাদোকপীদে।

হায়রিব অড়াং অনিসে অমনা মুপানি অমনা মুপীনি। বাশি শুনসু থাংদোক হেংদাক্লা চংথোক্লি। ওজাশিংনা তাকপিবা পাবাক্সু জ্ঞান তাংদ্রবা কাওব নৈনহুনা অতুম মরৈ। অমুম তৌহুনা মতম কয়ামুক হোংখিবগা লোইননা পরিক্ষাসু ময়া নকশিল্লকলে। লাইরিক পামৈ্ন, চংম মু, কোইমিন্নৈ।

পাঠকশিং ডকপগনু অড়াং অনি অসি অইত কনা অমত্তা নত্তে। মথংশিংনা ইংবোইল অমসু অমিননি। অড়াং অনিসে উবদগী স্কুলগা ওঝাশিংন ... মথম দ বিকেলনাইক্স য়াম্না কক্তবা তাবে। মখোয়ন ওম্নবা স্কুল অতুসু জুনয়াব হায়স্কুল ওইখিবনা ক্লস (iii) দগী (viii কাওবদনি। মথা ত্মথগে তায় রবদি থৌবালদা চংপা তাংনমু। সুপর্গা ব্রাহ্মণদগা থৌবাল য়োবা কাওবা মাইশ আনবোমদংন।

নোংমগী নোংমাইজিংগী অয়ুক। স্কুলগী ছাত্র ছাত্রী থুদং-ওসিদি স্কুল কায়রোই হায়হুনা হবাওরি। পুং ১০ গা তারকপা

অয়ুক্কী মতম অহুম ক্র। কালেনগী মুংশানস্থ য়ক লাওনা শানবা মতম ওইখিবনা মীপুম খুদিংমক্কী থংম্মাইদা, অইংবা মক্ষম ১দি ঈশিংদা ঈরুহনা লৈনিংই অ'সগুম্বা মতম অসিদা পীশক পীক্লিবা অঙাং মচা অ'নথক তুবেলগী লৈঙোই খোংতুনা শান্নরি। অনিশুগী মবক্তা ১দি ফুপীমচানি অমনা ফুপামচানি। ফুপামচাহুনা ঈশিংগা লৈঙোইগা যান্নবগা নান নান্দুন' ফুবা শাবা হোংনরি। অমুক নিঙ্খাই, অমুক শাই থৌহুনা লৈবকপনা হুমাংস্থ জি-জি কাহুনা অরাবা থ'দবমথৈ লৈরি। ফুপীমচাহুস্থ পোং য়োম্লিবনি হায়হুনা নাপী-শিংবী থর থংলুবগা শান্নরি হরাও তয়ান্না। মশা মউস্থ উফুলনা পুমতৈ তৈ, অমুকস্থ ঈশিংদা ইরুপ্পুন' শান্নরি, অমা'থোই তান্নবি। অতুদগী অমুক পম্থক্তা কাথংলকতুনা হান্নগী মতৌগুম্না শান্নরি। খুদকতুদা ফুপামচাহুদি য়াম্ন' চাওবা ফুরা অমা শাবা লোইরতুন', ঈশিং থর ২ হাপতুনা নানবা হৌবক্লে।

ফুপীমচাহুস্থ চফু মচা অমা পুবক্লগা ফুবাহুগী মমাংমক্তুদা য়াই তৈবা হোবকলে। অ'নমক হুমাংনা জি-জি কাংই, অতুবু নোকনৈ থম্মোই তানা, অরাবা থংদবমথৈ। ডাইহাক লৈরগা ফুপা মচা অহুন, চাওব চাওববা ফুংতুম অমমম পাইহুনা লান লাক্লে হায়না লাওবগা ফুরাদো থুগাইবা হৌরক্লে অতুগা উফুলস্থ মথক্তা মৈথুগী মগুংদা জ্বাই-জ্বাই চাইথংপা হৌরকলে মহুদা ফুপামচা-হুদি কিবহুনা মক্ষম অমদা তপ্না হাইদোকখিহুনা য়'ই নিংথিজনা তৈবা হোবক্লে। হুমাংস্থ হায়নিংঙাই লৈতনা শৌই, অহুবু অরাবা থংনদে। মতাংসিদা ফুপামচাহুনা ফুপীমচাহুদা ওনসিন্দুনা হায় রকই।

"অমিনা"।

খুপীমচাউসু য়াম্না যেংনা ইবোহলদা য়েংথংলগা খুন্নকই।

"হাঞ"

"নং হয়েংব্রাই চাওনগা কবি থবক তৌগনি"।

"ঐনা হয়েংব্রাই অতোব মী অম ওইবগা লাইশং মন্দির কয়াদা চৎতুনা ইশ্বরগী দমক্ত হৈস্তু লৈস্তু কংকনি। অদুগা ইবোহল নংদ

"ঐদিকে অমিন সিপাই চত্তুনা লান চংলগা য়েক্লবা কয়া কয়াব্ হাংকনি"।

"নংগীদি ফত্তে"

"এ: ক্বরগা"।

"মী হাৎপবু ফত্র"।

"লম হে বদি হাংকদবনি"।

"লম হেল্লবদ"

"অদুবুদি হাৎলোহ ভুংশিয়ে"

"লম হেল্লবসু হেল্লবসু মী হাৎপা শুংফৎ ফত্তে।"

"এ: খুডাহৎবারেহে, নংদ লমবোইবী ওয়তুনা অদুম তোক্লগদবনে।"

"লখোইবী ওহরবসু ঈশ্বরগা মনাকনক্না লৈবতুনা ফত্রো"।

"হোযনে-২ নংনা ভমজরোনে ঐ রা ভাংজররোইয়ে"।

"মীকাথা, মানা হেক কারদনা, তু: য়েংভু ঐনা তৈরিবা রাই অসি ফজত্রা?"

“হোয়নেহে য়াম্মা ফজৈনে অমিনা” ।

অসুম তৌত্তনা অঙাং অনিদো মমৈথংদদি তুরেলদা কুমথত্তুনা ঙাইহাক শাম্ম শাম্মরগা ঈরুজথোক্লগা কংফালদা কারক্লে । থিম্থদনা মথোম্ম অনি লেংগোম্মত্তুনা ইবোগলগী য়ুম তমলকলে খোঙ্গাল য়ৌশিল্লকদোরে, মতাংসদা ইবোহলনা অমুক মথ পমথরকই ।

“অমিনা নং খোঙ্গালসিদা লৈরম্মু ঐ থুনা খোরককে” ।

“তত্তি, ঐনা নথোম্ম য়ুমদ লাক্কনি” ।

“অত্তুম তৌগম্মু অমনা । নহানসু ঐখোম্ম পাবানা য়াম্মা ফুই” ।

“অত্ত ওয়ববসু চংলকে কৈদোম্ম হায়বগেনে ইবোহল, কেও?”

ইবোহল ব্বা ঙাখিত্রে আমনাবু য়েংল-য়েংলগা মীংলুদ, মীরাং জ্ঞ জ্ঞ শিন্থবা হোরকলে পীক্লিব অঙাং অসিগী মীংলু নাপোম অনিদগী শিন্থরক্লিবা ‘পরা’ অসি মু মংক মৈশানা য়ৈবদা ইরং লংথরে । হেম্ম হেম্মত্তুম শিন্থরকপগা লোইননা খোঞ্জেল পোক্ক হিক তিক কপলক্ল । অমুকসু মনপ থুং ২ চিংথংতুনা মপী তৈথোকই । মশাম্মু পক ২ নকতুনা লাকক লাককপ, ব্রাহৈন অমনাদ হায়রকই । অত্তুম কুনা পানংদ অরৎপা লৈতে । অমনাসু অসি মঙাই ।

“অমিনা নং ঐ ঙসিদগী তিক্কবত্তমসি ।”

“কমিগী ইবোহল ।”

"হুম ক'রিম্ব তৌদে।"
"হায়রো ইবোহল করি তৌরবগে সে।"

অসি হায়ত্তুনা ইবোহলগ' খুদাং পাম্নহনা নোম্মী, অহু কাও-বদা পাক হায়দোক্কে, খুম্নগী মহুক্তা মীৎলুদগী শিম্বরকপা পীরাংনা পাওখুমগী মতংদা শিম্বরকই মুনা-মুনা য়েংহুনা। মতৌসিদা অ'মনাম্ব তুংনা লেংথোকপা ভমখিদ্রে, খোঙ্গল হৌনা ইবোহলবু য়েংনা য়েংনা কপ্প' হোরক্লে তপ্পা ১ নক্না ইবোহলদা ওন-শিন্দুনা মখা শমথরকই।

"ন'ন' ঐভোন্দা হায়দোকত্রবদি শিরগনি।"
"অতেগী নহেদা শিগন্থ"।

অসি হায়ত্তনা ইবোহলদো তেম্না হেম্নহুম কপখরে। নোংজুথাগী মতমদা অতথা চাংজাওদগী ঈশিং ঈচাও লাকপহু মভাইরে। অসিমক্তদা অমিনাম্ব হংলক্লি তত্তুনা।

"নত্রবদ করিনো"।
"অসিনিম"।
"হায়বোসে তানিংলে"।
"হায়রগেকো"।
"হোয়নে"।

"ঐদি নখোয়দা লাকপা মতমদা চাক এঙ্গাংম্ব অহাওবা ভাক্তা চাত্তুনা ফজ ফজববা ফিদানচিংবগ্ন ফথা ফংইদো। নখোয়্রি ইমা ইপা খোয়্রনা ঔবুম্ব লুন তৌইদো। অদুবু নংদি ঐখোয়্রন লাক্লগা।

ইমাগা বাবাগনা নিংথিনা তৌবীদ্রে, শাওবস্থ য়াম্না শাওবে। নংদি থোঙ্গালদা নত্রগ' মরুমদা লৈবে। অতুনা ন' য়াম্না য়ারম্লগনি। ডসিদগী ঐখোয অনি তিন্নবগুমসি। নংস্থ মুডাইনা পোথাজরুবো।"

"এ: অতুগী ওয়রে, তোক্ল'স কপ্লগুমসিসে, অতুগুব। য়াহৈদো ঐদি য়াম্না তল্লকো।"

"ঐনা হায়রিবা অসিনা ঐগী'দ অচুম্বানকো অমিন" ?

"অচুম্বা ওইরবস্থ ঐ'দ ডমলোইনে হবোহল, নং চ'ঙো, ঐ থোঙ্গালদা ডাইরমগে, য়াম্না থূনদি থোরকউকো।"

"ঐ লাকত্রিবা ফাওবা লৈরমখোকো,

থুনা লাকনি। অতুগনে অমিনা ঐখোয়গী হমা উহনগমুহে, য়াম্না লোম্না লৈয়ুকো"।

"হোয়"।

য়ারী অসি শানববা মতুংদা ইবোহলস্থ হম্না ১ য়েংলডন য়ুমলোমদা চংথরে। মাঙ্গোল ডারা য়োরবা ম'তমদা আমনাবু উত্রা হায়হনা অমুকুং থূনিং কাংথৎতুনা য়েংই। য়েংনা-২ মমাই ইমুং ওনসিনখিডনা "ইমা ইমা" কৌনা ইমুং চংসিনথরে।

ইমুংহস্থ ডসিদি লৈমহল মমাদমক লৈরম্মী। মপা গুলাপসিং দি লৈরমদে। পাডল খিজামদবগা তোয়োৎ খোন্দানৈ য়াম্না খিনা ডাংবীরে। মমাগী য়াহৈশিং অসি তাবদা খিংবা ডমদব-মখৈ ইবোহলদো ওঃ খোংনা হিক-২ কপলক্লে। মচাগী

মতোসিদা লৈমহৌনবু মপি তৈথোক্‌পদুনা খেমজিনবীরি। শাওরবা পুন্নমকস্থু খ'হৌদনা মাংখরে।

হে: অঙকপ ন! মচা মুংশিবগীদমক্তা মমা ওইবীশিংগী খ: ম্বায়না ক'ঙমজ্রব' অমুত অ'সি চেনখিবনা,মীকুপ ১গী মন্নুংদা কন্নাদা অমুক মুঙাইববা, পাবু খুংনা লাম্বা কংবমুক।

লৈমহল মচাবু খেন্না-খেম' চাক পীজ্রব' হৌবকলে। চাক চাই হায়বহু মচাই ন্নাপলদি অমিনাগী নাক্তা লৈহৌরে। মমান' মপান থোক'খিবা তালক য়েংহুনা লৈরে। ম্নান্না ন্নারে নোকই হায়বদা মঙাইবে, নোক'নিংখিব্রে, হবাও তয়াম্বা পাম-খিব্রে। মমান' মপান্দা থুমোক লাইতং লৌশিন্নখিগে চংখিবদা ইবোহলনা চাক এক্কাংদো ইমু'গী কাচিন অমদা' থুনা ল'দা য়োম-শিন্দুনা থমগ্রে। মমাহুস্থ থুন' চ'লক্তুনা মচাবু মচিন মখা শেং-দোকপীরি।

থোক্কানলোমদনা মরোল অমা অমিনাদো শারবা কালেনগী মুংশাদা হুমাং অর অব তাবমখৈ ইবোহলবু থোরকপা ঙাইরি। ঙুংখিলগী ঘ্‌' ৩ তাশিন্নকলে অহু ফাওবদা থোরকপা কৌবা নাইখিব্রে ইবোহলদে। ঙাইনা ঙাইনা অমিনাদো ইবোহলবু কৌহুনা কপলকলে। অমুক ফম্মী, লেপই তৌহুনা মতমস্থ কন্নামুক হৌরে। মতম অসিমক্তদ সেবস্থ ইম্ফাল চংলুবদগী হন্নকপদা মচাম্নুপী অমিনাবু থে নহুনা লেমলগা পুহুনা য়ুমলোমদা চংমিন্নরে

ইবোহলনা মমাগা পুন. অহুম লৈমিন্নরি। মমানা নিংথিনা পুকমেন পাওমেন্নরগা, হিজোল মতোন্দা এজাং নাপী খর য়েংলুগে হায়রদুনা শাইরুক অমা পাইরগা তক্কিংনা থোকখ্রে, কৈথেল চংপা নংহৌররোই মতাংগুম। তাঙ্গাসিদা ইবোহলনা অমিনাবু হন্না হন্না কৌদুনা চেনখ্রে থোঙ্গালদোমদা।

অদুবু অন্নাবনা; ইবোহলনা অমিনাবু থোঙ্গালদা অমুক হন্না কংথিদ্রে। মাইকৈ থুদিংমক কৌইনা য়েংই, লৈনা ২ অমুক কৌই অদুবু খুমলকখিদ্রে পরাই মপান থোকখরে, কৌনা ২ অমিনাগী মখদা পরপ পরপ লাক্লে।

ইবোহলগী খোঙ্গলদো লাবদা অমিনা মপান্দা চেনখোরক্লে। কপলম্বদগী নোকমিন্নরে মথোয় অনি। ইবোহলগী খুদাং পাই-দুনা চাক চাক্‌থাসি হায়দুনা ইমুংদা পুশিন্নরুগা চামিন্নরে। মহাক্না পুরকপা মরোমদুম্ব অমিনাগা মথোয় অনি চামিন্নদুনা, অমুক্ত ভা থোংবা ১দি চাকচিংবদো হাপ্পুনা চারে হন্নাও তয়াম্না। চাক তোক্লবা মতুংদা ইবোহল অমস্তু অমিনা কক অমদা উখা ভাইহাক শান্নরি। মপানা পুথোরকপা মীথাঙ, রাত জিলিবীনচিংবদো চামিন্নরি। মতাংসিদা ইবোহলনা হায়বকই।

"অমিনা নংগী মীঠাইগা ঐগী মীঠাইগা চাওবা ঐগীনা হেন্নিকো।"

"নংগীনা চাওরবস্তু থুগ্গাদি ঐগীনা হেনগনি।"

"অদু ওয়রবদি মচু ফজবা তান্নাসিদনা।"

"নংগীদি অঙাংবনি, ঐগীদি অহৌবনি।"

"অহুদি ঐগীনা তেংলেকো।"

"সে: ইবোহল মীঠাইসে ওথাই অমা চাওসে।"

"চাগেনে।"

অসি হায়ৱগনা অঙাং অনিসে য়েংলছনা মতেক ২ চামিরে। ইবোহলস্থু ময়াদগী লোথোকতুনা অমিনাদা মচেৎ অমা পী, অহুগা হোনা নোকমিরে। অস্থম তৌহনা ইবোহল, হয়েং স্কুল ভবা লাকই হায়রম্বগা চৎথবে। অ'মনাস্থ মীৎনা উবা ফংলিবমথে য়েংলম্বগা, মমৈদা নিঙমদনা ইমু' তপা ২ চংথরে।

# অনিশুবা শরুক

চ'হ কয়া'মুক তেংখ্রবা মতমগী ব্র''ন ব্রাংথেম হায়'রবা খুন্দুদ', মৈতৈ খুনপা'ক থ'ব নাকথোংনবা ম'চন মনাও অহুমথক লৈরম্মী। খ্বাইগী অহল ১দি ঃপ 'শংনা গোপাল সিং, গুলাপ সিং অমস্থু প্রেম সিং কৌই। মতমদো প্রেমাসিংদি নহা ওয়রকপগী ইনথৎলকপা মতম'ন। মহাক য়াম্না চাওই, পাকা ফানব' য়'দে অফাওবা ডাকু অমা ওয়নস্থ মাইকৈ মরি শেগাক কাইনা মামং চংথৎলকলে। মাগী ম'ম' তাবদ; মীপুম খু দ'মক মশা 'নকপা য়াওরকলে। গোপালশিংস্থ মতমহুগী ইনাক কৈর'ক নুবা' মচিন ভোৎবা মীনাই মীশল লোইবা অহুত্থ: মীশক অমা ওয়রম্মী।

মানা ঙমদব অমত্তা লৈবমদে অকোংবা অমদি অরোনবা থবক শিংদা গুলাপসিং, প্রেমসিংহম্ম মাগী মপাননা মকম খুদিংমক্তা নিংতম্না লৈজরিবনি মরু ওয়না প্রেমসিং অপাইবা উচেকুম ঙাওজরিবনি। গোপালগী মপা, প্রেমসিং অমদি গুলাপসিংগীদি মতৈমা মমিংনা থোইন্ন হায়না কৌই। মহাক চহি ২৫/২৬ কী মৌ নহা হায়রবদো ওয়বম্মী মশকম্ম অহুক য়াম্না পংনোপ নোপ্তবা থীকথা চুম্বা মৌনী। মতম অহুদা গুলাপসিংগী মপানা থম্বাল হায়রিবসিনী। মহাকম্ম থোইম্মগা লেংগানি চহিম্ম অহুগা মশকম্ম অহুমঙাই। অম্মুম তৌহনা মচিন মনাও অহুম অসি য়াম্না মুংঙাইনা লৈরকপনা চহি থর হৌথিবম্মী। প্রেম-সিংদি মপা শিংদরী ময়াম্বা অনিনা মতম য়োরে থম্দুনা লম-লম খুদিংদা অকুপ্পা পাও থংত্তনা অহুক য়েংলি।

অম্মুম তৌনা ২ প্রেমসিং ঙাকু হায়রবদো চপ চানা ওইরকলে। য়ুমদা হনজিল্লকনি থংথিরে, শাগুম্না জঙ্গলদা চৌং মান্দা মপুঙ্গি লেনবা হৌরক্লে। পারতি য়াম্লকলে লুং তৌবা লম্বী চংপা কয়াগী পৈশা পোৎ-চৈ মুলকত্তুনা মুংঙাইবা ওইখ্রে। কনানম্ম মঙোন্দা মীৎনা হৎলংনা য়েংবা ঙমলকত্রে। অরাবা অমম্মুং থুদোং থীবা তারবা মীওই কয়াবু উবগা থেক্লা থেক্লা নোকপা হৌরক্লে। অসিদম্ম নত্তনা লম্বী তালক্তা মুমিং তাথিবনা হানবা তারে থম্দুনা তফং তাকিংনা চেঙ্গরিবা মপুরোইবা লৈবী মুপিসিংবু ফারগা তৌহৈদবা থবক কয়াম্নুক তৌহনা মথোয়গী সত্তি থুগাইবিবে। লৈশাবী কয়াম্ম

মৌগীশিংদা চলহল্লে। মী কয়' মথক কক্না হাংলগা তারকপা ঈথোংহ রেংথুনা থরাই পেল্লা নোকলক্লে। মহাকপু পনবদা মীপুম খুদিংমক মীপাইনরী।

গোপালশিংগী য়ুমনি প্রেমসিংগীদমক্তা পুলিস লাকুনা ননাও পীয়ু হংলত্তনা য়াদবা মত্তাং থোকখিবদগী পুলিস স্টেসন ভাল্লা চৎখি। নোরিবা চহি ২৭/২৬ তা ভাইরিবী পোইন্ন য়াল্লা নিংথমদনা ইমুংগী কাদ থাবিবা ফমুং অত্তদ খো' লৈমাইদা তিংথনা য়াম্বরগা এাথল তৌত্তনা লৈরি। মতম অসিমক্তদা প্রেমসিং ভাকুন্ন য়াল্লা ফংনা চংলকতুনা মতৈমবু কৌবকই অহুগা চাকশংলোমদা পরপ পবপ চংশিনখি মনাও লাকপা মতুং ইন্দুনা খোইমুদো হরাওমনখিত্তনা চংশিনকলগা "করি তৌরবগে" হংলরি। য়াল্লা চেকসিন্না লৈনবা মতৈমনা ইমুংগী মীদি ওইরবনিনা খেমত্তনা পাওতাক পীরি।

খোইমুগী মখোৎ কাখংলকপা হুকচাংগী তগৎ তগৎ তেকপা ইপোমদো উবদা প্রেমসিং নহা ওইবকপগী শক্তিদো ফাবা ভুমখিল্লে। মতৈমবু স্নুপকোন কোনত্তনা মচিন মখুৎনা মেল্লগা ফমুংলোমদা থাংজিনখে হন্না হন্না' মমাই মাইখোংহ চুপতুনা ফনেক ছেক লোপোকত্তনা হুন্দোকখিবদা ভাইরিভেদা খোইমু ফুক ছোগৎতুনা লমল্লাইরোমদা চেংস্নাক্লগা "এবু কনবিয়ু হায়ত্তন খোল্লেল হোৌনা হন্না-হন্না লাওরকই। মতম অসিদ' প্রেমসিংগ্ন মশাদা কি অমা ফাওবা য়াওরমত্রবনি ছুরী লংলবা অম শত্তুনা খোইমুগী

মনাক্তা চেনশিল্লক্লগা রা ঙা'গদ্র ন'রাই মাংগনি" হায়রুনা থপ ভোরি। "হে শা অহুম্না তোবা হৌনৱ্রা" অসি হায়রুনা মতৈমা খোইমুনস্থ থিনা থিনা চৈরি।

অরাং থংবদা লৈরিবা য়ুমদো গুলাপসিংগীনি। মাগী খুপী থম্বাল মশা ঙমদে হায়রুনা ঙসিদি মহাকস্থ য়ুমদগী হেন্দোক্তে। থম্বালস্থ অহুক কয়: ঙমদবদি নত্তে, চপোক চশিন অতুম ঙম্মী, খর অতক লোক থুহুনা মশা খেল্ডং শাগৎপগা রাদনি। গুলাপাসিং মতৈমগী খোঙ্গেল অ'স হেক তাবদ' খুংলৈ খুনা রাংকাক অমা পাইহুনা চ'শল্লকপদ খোদ'কতুদ' খিত্ত' ইকাইবহুনা লুকথাখি। খোইমুস্থ প্রেমশিংদ' থংপাক্লা শেং লাওন' পাই। শাওখিবনা মৈ কাবব' প্রেমসি না; মমিং ইচপ ঙংলহন' "নংন' ঙম্নগা খা'ঙ" অসি হায়হন শুপকোন কোনগে ভোবকপদ' গুলাপসি'ন' "থাদোকউ" হায়হুনা শাওনা থ'লাও লাওরকই ইকাইবা থংত্রবা প্রেমসি'না ছুর' মহুনা খাইমুদ' থূমা লেংলগা শরোক্কে তোবদা গুলাপসিংন পাকোক অহুনা তুলোমদগী হায়রকপদা পানহৌত্রে, থা' অহুস্থ শংপ নংহৌত্রে। মচিন মনাও মাইগা মাইগ' ওনশিল্লহুন কদম তৌশিংদে গুলাপ'শংনা রাকোক্তনা হায়-থরকপদ' প্রেমসিংনা শাখ্রে। মিনট ৫ মুক মুররকপদা প্রেম'সংনা রাকোক্তনা ময়াম্বা গুলাপসি'গী মকোক্তা থাহুনা থুগাইরম্লগা থংহৌদন' ফি'না মপাল লোকখ্রে। গুলাপাসিং ঈনা লৈমাইথক্তা হাথহুনা রাম্লখ্রে। অরাবনি খোইমুদি সংসারদগী অরোইবা খর হোম্বুনা মতম কুইনা হৌগংলরোইদবগী মও'দা মাতাখ্রে।

প্রেমসিংগী রাখল অতকপনি । মতম অত্থ কাওবা মাগী মশাদা নিংশুনবা ফাওড্রি, অকিবা লৈত্রি। ঙসিনগু আরোইবনি থন্দুনা তৌররবা নবিনে থংদে ময়াম্বা গুলাপ সিংগী যুমদগু ফংনা শাওনা চেনশিল্লকতুনা লোন হিপ্তুনা লৈজরিবী থম্বালগী ময়াদা ফিবুলনা নমশিন্দুনা থনবগী মথক্তা অনাবা পীবকলে। মাতমগী মশাদা পকচরিবা ১দি ইকাইববু চেৎনা খুমজরিবা ফিশিং অনে লৌথোক্তুনা গুন্দোকখ্রে থিন্নবা তৌদনা মাতমগী গুপী ওযবগী মর্মদে ঙাইহাক মুঙাইবগাদমক্তা মাংহনবা হোৎনরি-ভৈদা গোপাল সিংহ ময়াম্বা অহলদে পরপ পরপ চংশিল্লক্তুনা গুলাপ হায়না কৌবকপদা প্রেমসিংবু উরে। থংহোদনা প্রেমসিং কুক হৌগংতুনা লিংথোক্তুনা চেনখ্রে। গোপাল সিং করিনো হায়দুনা ঙাইহাক প্রেম সিংনা চেনখিবা মাইকৈদা য়েংলুরগা থম্বালগী ময়াদগী ফিবুলদে, লৌথোক্তুনা হম্মা হম্মা কৌরকই। অদুবু খুমলকখিদ্রে, পাথংপগী লোইননা য়ুমলোমদা মাগা মুপী থোইমুবু কৌরদুনা চেল্লকপদ অহানবমক্তদা গুলাপ সিংবু উরে। লৈকাই ময়াম কৌবদুনা লাককম্নবা থরা হোৎনরবা মতুংদা গুলাপসিং রাগী মথৈদি থরা থরা ঙাবা ঙমজরকলে। অসুম তৌদুনা থোদোকশ সি অমত্ত চিংশননা রারি লিরকপা অসিদগী থাগৎশেংনা থংলে পুম্নমক্কো। হায়নিংঙাই লৈতনা, গোপাল থম্মোই শোকখ্রে। শাওথিবনা মানা পাইবা য়াথিদ্রে মখিং ঙাংনা ঈ কারক্কে লমনশিংবা ওননা অকংবা মকমদা হাংকে হায়দুনা থনখ্রে।

গুলাপসিংগী মুপী থম্বালগু অরোইবা থর হোন্দুনা মতম

কুইনগীদমক্তা মীৎ চেৎনা উই শির্নাথহ্না অমুক হন্না পাংবা য়ারোই-দবগী মওংশুন্না লৈখ্রে, য়াতাহ্না। গুলাপসিংসু কাইখ্রে থম্মোই শর্গ কিম্বকত্না ননবগুম, রা ভাংথদ্রে। খুদক্তা খুনগী মীশিংনা পুলিসতা রিপোর্ট তৌহ্না, ডাকু প্রেমসিংবু কানবা থোরাং তৌব্রে। মকম খুদিংদা খুৎলাই পাহবা সিফাই অমসুং পুলিসত্তনা রাক চাইখ্রে চীং মান উরক রাবক য়াওনা।

অসুম তৌহ্না মতম কুইনা মকম খুদিংদা থিরক্লবা মতমদা প্রেমসিং ডাকু ফাবে গৌনবা মতু ইন্না কোর্ট য়োবদা ফারসিগী হুকুম ফংখ্রে। মযাম্বা অনা থন্নাই পেনখ্রে থাক্লা থাক্ল, নোকপা হৌরক্লে। ভসিংদ ডাকু প্রেমসিং অবোইবা ফারসি তৌবা মুমিৎনি। মপান কাংজেবু ইম্ফাল সহরগীদি নোংচুপ পাংবদা মীয়াম তিন্দুনা লৈরিবদো উরগা ঈশিং ইচাও লাক্লবোই নিংই। মীপুম খুদিংমক থবন হন্নাওরি থরনা তেংথারি অহুবু হন্নাওবনাদ নম্মী। মথা থংবা মাইকৈদা শগাই অমা উরি মহ্ ফারসি শগাইনি। মীহাৎ থিনা হাৎকদোরি য়েংবদা তুজুংই। গোপালসিং অমসুং গুলাপসিং মন্নাম্বা অনিনসু কন্নক পেন্না থেক্লা থেক্লা নোক তুনা মমাংদা ফমহ্না য়েংলে। প্রেমসিংগী মিৎলুদগী শিম্বুরকপা পীরাংদো উরগা তিনহুম শিংলে য়াম্না তুক্চনা। কনা অমতসু মাগী মরমদা কনম্নবগী রাইহ মচেৎ অগত্তা ভাংবিদ্রে মরি মতা অমদি ময়াম্বদগী চিংনা।

মাইকৈ মরিদসু লাওরক্লে অকনবা খোল্লাওদা "মহাকপু লোইশিল্লো, থিম্বুরগসু"। মাগী মীনিন্না রা রা পুম্নাং লাংথরে মসিগা

লোইননা খোরাং পুম্নমক তৌরছুনা ঘড়ী য়েংলছুনা লৈখরে। অসি-গুম্বা মতম অসিমক্তদা অর্নাংথংবা নাকনলোমদগী খোঙ্গেল অমখক্না নোং থাকপগুম লাওরকই। "ভাইখো। সুপা অহুগীস্তু হায়বদি প্রেমসিংগীস্তু ফাঁসিদগী নাস্থোক্লনবগীদমক্তা মচাক কয়ামুক লৈরি।" মরমছুনা মহাক মাংহনখিবা য়াক্রি। হায়ছুনা মশা নামবা য়েংবদা লাইগুম্বা খোংদগী তোন কাওবা চু ফিরাল চাবা চহি ৪০ মুক গুরবা সুপাহু চংশিল্লক্লে। মীয়াম পুম্নমক চেক-মোক লাওদনা তুমিন তুমিন লৈনখি করিনো হায়ছনস্তু লোগ্না য়েংনখি সুপাছদা।

সুপাহুনা কয়া হোংনরবা মতুংদা কেসকীদমক্তা ফাঁসিগী সুমিংতো য়ৈখোকখ্রে। মতুংদা লাকপা মারেপকী মতুং ইন্না ফারসি তোগদবনি হায়ছনস্তু রায় তাখ্রে। মসি তাবদা প্রেমসিং চংনা স্বর্গকাবমুক অমদি থাবু খুংনা লাম্বা কংবমুক হরাওজখ্রে! খুদক-তুদা খনখ্রে মহুদি মহাকপু কনবিনবগীদমক্তা খোরাং তৌরকলিবা সুপা অহুগীদমক্তা মতেং পাংবদা খন্নাই থারগে অমদি য়াইফনবগী-দমক্তা মচা কাওবা হাংকে হায়না থন্নখদগী হেন্দোক্লনা মাশক অমস্তু চেংনা লৌখ্রে।

খোদো অসিদা গুলাপসিং অমস্তুং গোপালসিং হায়নি ভাই লৈতনা শাওখিবনা ময়া ক্রক-ক্রক চিকখ্রে। থুনমক ময়ুম মাইকৈ পাংখিছুনা মা কুপ্না থম্নরবা মতুংদা মহৈ-মহৈ চংনখ্রে, মাগী-মাগী খোকপা, উকিল নেক্রনবগীদমক্তা সুভাইমনলকত্রবদি মচাকাওবা

মুংশিদে হায়বদো চুম্মাদকো। মসিনবু লময়োম্বুবদি তুম্বা, চাবা থকপা য়াদনা ভাইহাক্তা নে তানা লৈথোকপা ভমদেদকো।

+ + + +

থেংলবা নোংমগী অহিং নো'য়াইদা ফিমু শেৎপা, খদা'চেং লাকপা, মখুত্তমু খুৎলাই মন্তিক চানা পান্নবা ভাকু কাংলুপ অমা শগোল অমমম তোংত্তন' সহব অমম্মুং খুঙ্গংগী লম্বীদা কাওত্তনা হম্না ফাওবা য়েংনরমদন থোন'শ্রু মু'শিং অপাইবীগুম। অম্মুম্না লাকপনা চেকপলন ইকোই কোইশিনবা মকম অমদা চোংশিন-খিত্তনা চ'লগা য়ুম অনবু ইকোই কোইশিন্দুনা লৈরে। অংদগী লুচিংবদো চ'লকত্তুনা য়'ম্না মেংবা মুপাগী পোক্লেলদা থোং হাংদো-ক্লবা হায়বে খোক্লেল'স তাবদা মন্তু'দ লৈবম্নিবা মুপাত্তনা পোরোন ফং লাওনা হা'দোবকপদা, মচিন ফিবুন নমত্তন' কাত্তনা পুম্রে, অত্তগা মগুংদগী মুপাত্তমু মচিন মেন্দুন' অত্তুম মপাম্রোমদা চেক-মোক লাওদনা অত্তুম পুথোকখবে।

হায়রিবা মুপা অসি মণিপুরগী খ্বাইদগী চাওবা বিচারপতি, ভারত সরকারন' য়াযেন পোদানবা থারকপনি ভাকুশিংত্তনা মহৈত্তে মনাওবু ফারগা চেকপল অত্তু চো'থোকত্তুনা অত্তুম চৎখিবনা মাংখিবা থ'হৌরে। শাক্রৈ_চাররা ~~অপোকশিংত্তমু~~ মশক উদব-মথৈ মু'শিংকী মমাং থাথরে অপাইবা দোলাইগুম। ভাকু লুচিংবা অত্তুমক্তংদি লৈহৌই ইমুংদা বিচারপতি শারত্তনা। নহান কাঁসি তুমিত্তা, প্রেমসিংবু কনবীখিবত্তমু মহাক্নি। হন্দকী অসিনমু অরোইবা বিচারনি।

নোং ভালে মীপুম খুদিংমকস্থু ভসিদি প্রেমসিংগী বিচার য়েংগনি হায়থনা লাক্লরি। বিচাবপতিস্থু কারদা তোংথনা মাং তুংদা জিপ অনি অনিনা চপথুনা, খুংলাই মতিকচানা পায়বা সিপাইহিশিংনা শন্নি তৌনা, গেং হেক পোবকপদা গেংকো সিপাইহিথনা রেসপেক্ট উংলি, নোংমৈথ থাগংথুনা। কোর্ট মমাংদা গাড়ীহু খাম্লগা বিচাবপতি মস্থু চংশিল্লকপদা উকিলশিং অমদি অতৈ অচৌবা ফম্লাইবশিংদগী চংনা মীপুম খুদিংমক লেপথংলি। ভাইহাক লৈরগা পুম্নমক ফংথি। বিচার হৌবকলে, গুলাপসিং অমদি গোপালসিংনস্থু র-ভাংব হৌবকাল। মসি লোইবগা কুমৈম য়েংলমলিবা মীশ তুং মবক্ত মচন তৌবা থরনা অসিগুম্বা মী অসিদি সমাজ অসন কুহনা পমদবনা ফৈ হায়থনা মতম পীরকই। উকিল কযানস্থু ফাবসি ভথুন হাংপনা মতিক চাই হায়থনা অমমমদা ওহন মত পীবকই। অস্মুম তৌথুনা উকিল ৫/৬ লোম ফাঁসিগী মবমদ মত লোইনা পীনববদা প্রেমসিংগী মরমদা কনাগুম্বা উকিল অমত্তুন কয়নন্না রাইহ মচেং অমকাওবা ভালকথিদ্রে। মতাংসিক উকিল অম হৌগংলকথুনা রাভাংগে তৌবদা বিচাবপংকনা ওবদব হায়থনা কোলিংবেল্দ থিংথনা থাম্মী। শকথংদবা মুপ। অ চংশিল্লকথুনা অমুকস্থু বিচাবপতিদা হায়রম্মী। "হাংপগে হায়ববস্থু মহাকপু ফাঁসি তৌথনা হাংপিয়ু। তৌবদ দ ট্রেনস্থু ভসাই মকোক্তা হায়ঞ্জিং-বথুনি। মথুদি মহাক গু নং অথু থু যাম্না থিনা ভাওথনা চংথিবনি। ঐস্থু থবা মইগদি দওই অংবু জ্ঞানদি অথুম ভাই অথুগা মহাক্তি জ্ঞান মচেং অমগা পকখকুবনি"।

মা অসি তাবদা অতোপ্পা উকিল অমনা অমুক হায়রকই। "য়ু থকলগাময়াম্বা, মনাও, মচা, মতু, মচৌমা হাংলু হায়বগে আইন্দা য়াওদে। মী অমা শিরবদি মী অহুম শিকম থোকপনি য়োর ওরনর।

মতাংসিদা অতোপ্পা উকিল অমনা অমুক পাওথুম পীরকই। "থকত্রিবৈভেদি থকাত্রিভেনি, থক্রুরে ভাওরুরে, অহুবু প্রাকতিকেল ওইনা চংথরুরবা মতুংদা য়ু থকপা ফত্তে হায়না থংলকপা অসিবু য়ু থকপগীদমক্তা মপুন্সি কেমহল্লসিরা? মহুগীদমক্তদি ভারত সরকারনা প্রাইজহুম পীগদবনি। মরমদি মহাক্না মতুংদা সমাজগী কান্নবা থবক কয়ামুক তৌরকপা য়ারি, য়োর ওরনর"।

মাহে অসি তাবদা প্রেমসিং থরা হরাওবা কাওরকই থং-হৌদনা, মরমদি মাবু খুংশিবা উকিলসু সংসারসিদা লৈরিবোইরে থল্লুবদা। অসুম তৌহুনা প্রেমসিংবু কন্নবগীদমক্তা উকিল কয়ানা মথং মথং মা ভাংলকপদা, উকিল ১৪ পুরা শুখে। মহাকীদমক্তা উকিল ময়াম চোংথোরকপা অসিদা অমুক্তা হেন্না হয়াওবা হেনখ্রে ১দি শিরবসু পেল্লে থনখে। মথোয়গী সেবাগীদমক্তা থল্লাই থাগে হায়না চপ য়ুংনা থনখে।

মতাংসিদা অতোপ্পা উকিল অমনা অমুক হায়রকই—। "থাং— পায়হুনা মী হাংলগা শিবা য়াই থংবদগী মী হাংলুরবা মী হাংপা অসিনা মী অমত্তা নত্তনা মী কয়াবু হাংলুবগীদমক্তা কাংশিগীন্দন্দি পীবদা ককপা য়াত্রবনি, য়োর ওরনর।

অতোপ্পা অমনা অমুক হাইরকই "লমজাও সরক্তা" চৎলিবা অঙাওবশিং অসিবু কারগা ফাঁসিগী দন্দ পীরসিন্না ? কোন্না একজামপল, কনাগুম্বা অঙাওবা অমনা ঙাওবদানি মনম নম্বখিত্রবা মীৎনা উবমক্তা তিন শিংনরিবা মীগী পি অসিবু মখুৎনা পাইরগা চবেং ২ মেত্তনা শান্নখি। মসিবুস্থ শিবগী দন্দ পিরসিন্না ? মহাক্তি অঙাওবা অমা ওন্নবদগী সেরান্নবা ভাব অমদা চৎলখিবনা নিঙক-নিঙকপদা তৌখিবনি। মরম'হুনা য়ু ঙাওবদগী মথোং থংখিত্রবা প্রেমসিংগী মরান লৈতে। থাদোকপিখিহুনা চৎহনখিবনা হেন্না ফগানি য়োর ওবনর।

অস্নুম তৌহুনা উকিল ৪০ মুক্না প্রেমসিংবু কন্নবা ন্না ঙাংবা লোইরকপদা অতোপ্পা উকিল অমনা হৌগৎলকপদা, কোলিং বেল খিংহুনা ওরদর হাইনা বিচারপতিনা লাওহৎলি। পেচকারিনা রাই অহু লাওনা পাথোরকই মহুদগী প্রেমসিংগী মরাল লৈতে, মনিং অম্না থাদোকপদা খ্বাই পুন্নমক্না চপ চানা খংনম্নে। অস্নুম তৌহুনা বিচারপতিস্থ চৎখিবতা ঙাইরিঙৈনা মীয়ামহুস্থ মরি মরি চৎনখিবনা ইচিক চিক্না অহুম লৈহোরে।

ন্নারম খুদিংমক্তো হৌজিক্তি প্রেমসিংনা বিচারপতিগী মচিন্নগী লোইনা থংলে। বিচারপতি মসামকস্থ ফাঁসি মুমিত্তা কাংজৈবুংদা লাওখিবা ঃপাহুনি অমদি বিচার অরোইবদা উকিল মরাম্না ন্না ঙাংখিবহুস্থ ডাকু কা'বুনা কন্নবগীদমক্তা হোৎনখিবদগী তৌখিবনি হায়রবসি হৌজিক্তি নিংখিনা লৈগাইনা থংলে। ডাকুশিংগী

মরক্তা য়াওহনা শ্রীরবস্থ মখোয়গী মতোং পাংগনি হাইনা য়াশকখ্রে। য়াশকখিবগা লোইননা ডাকু মরক্তুদা প্রেমসিংস্থ ডাকু অমা ওইনা অহুম য়াওখ্রে। ডাকু লুচিংবা অহুনা অয়োনবা মী থাহনা হাম্নগী বিচারপতি মতৈ মনাওস্থ লৌহন্নহনা ময়ুমদা থম্বিরম্লগা মফম থংদনা ভুট অপাইবীগুম অহুম মাংখ্রে, থংহৌদনা মহাকস্থ। বিচারপতিত্থস্থ ইকাইখুমনগী কনাগুম্বা অমগী মফমদা খোদোকসিগী মরমদা য়ারি লিখিত্রে, তুমিন্না লৈখ্রে, থম্মোয়দা ফুমহনা অহুম। অহুবু ডাকুশি দুবু মাংহনখিনবা থোরাংদি হোৎ-নরি লেপ্তুনা, অহিং সুংথিল নাইদনা। প্রেমসিংগী থরাই কন-খিবা ডাকু কাংবুহস্থ পার্টী ডাকুনি। মখোয়গী লুচিংবা অহুগী মমিংনা অয়ুবথান হায়না কৌই। প্রেমসিংবু মখোয়গী মী ওইনা খোপচিনানিংবদগী থোরাং ময়ামসি পাং-থাকতুনা ফাঁসি দগীস্থ কনখ্রিবসিনি। ডাকু মরক্তা প্রেমসিংবু হৌজিক অপাথান হায়না কৌতুনা, অয়ুবথানগী য়াম্না লুনা তিম্নবা মরুপ অমগুম্না থবক তৌম্মীন্নখ্রে। অয়ুকী সুংদাংগী থানদে, চাক পুথম অমত্তদা চামিন্নহনা লৈরি ডাকস্থ অগ্নুমক। অস্থম তৌহনা মতম কয়া হৌখ্রে সুংডাইনা।

+ + + +

চহি ১০ মুক শুরবা ডাকু অহল অহুনা উত্তোংদা হুইগী ঈ লৌহুনা, লুচিংবা অয়ুবথানদা পিরগা তিতেনগী থরাই কনখিরে, অহুগা য়োকলি মচামকনি থন্দুনা। মহাকী অশেংবা লৈকমনা কোদেন্দা লৈরিবনি হৌজিকস্থ অয়ুবথাম্না য়াদবদগী হৌজিক

মাংখেমদা মুম হোংবা তারদুনা মচানিপা মাহিমখান অমদি মাগী মুপীগা লোইননা। অহল ওইরবা নিপা অসিগী মমিং অলাখান হাইনা কৌই। মহাকসু অফাওবা ডাক্ত অমনি।

অয়ুবখানসু লুত চংলুবগী হল্লকপা খুদিংদা মেম্বর সেরগী ময়ুমদা চেক-১ চংথি, কাঁঙনো এসু থংজে। সেরগা অয়ুবখানগা মচিল মনাওরা, নত্রগা মী অমত্তদা মীং ওনখোকতুনা থবক তৌমিন্নরিবজাংলা? অদুবু তুংদা সোইদন থংলখিগনি ভাইবদা কনবিয়ু; থাংবা কল্লগা ফমেন ফম্মী, শাইবা কল্লগা ওইনম্মী, হাইবা পাওরোদো অচুম্বনিকো পাঠকশিং।

ইবোহল নোংমা নোংমগী অম্মুম হৌখিবগা লোইননা, বসন্ত ঋতু লাকলগা, অনৌবা ফিজোল হোংদুনা উপাল রাপালনা হরাওনা রাংথংচরকপগুম মখোং কাথংলকপগী চপ চাবা মতাং রাশিচকলে। ইনথংলকপা হাইবা অসি য়েংথি য়েংথি খুদিংদা ইশ্নদা হেক ফজেদা। মতমগী খোংলোই মতুং ইন্না চহি ১৭/১৮ মপুং ফারকলে। হন্নক মেট্রিক পাস তৌদুনা থৌবাল কলেজদা মিং চল্লগা, সাইকলদা হনগৎ হন্দা চংপদো অদোম্নসু থেংনবীরমগনি হাইনা আশা তৌই।

মহাক্কা মুতি মুমিৎ খুদিংগী মখোং কাথংলকপী, নৈশাবীসু মপুং ফাগংলকপা মুপী অমগা হেক-২ পুন্না চংমিন্নরিবদো মীপুম খুদিংনা য়েংলগা মচিল মোপন্নানি থন্নহৌই। ইবোহলসু মেট্রিকতা ফার্ষ্ট দিভিজন অদুগা মুপিদুনা সেকেন্দ দিভিজন্দা পাস তৌখিবনি।

ইবোহল শক্তম্না মুপী কয়াগী ওমহৎনকমগী মশক ওয়বতা মতুনা, কনাগুম্বা অহলশিংনস্না উরগা "কনাগী মচানো ইচা মুপী থাজনিংখ্রেদা" হায়না শোয়হৌবা, মতমগী চৎনবীদম্না থম থেংনা ভাওরিবা পাথং অমনি। কলেজ ছাত্রি কয়ানম্না মাগী মনাক্তা নকচবগা মুভাইজবা, মুপী ১দা হায়কেৎ মপা খোকঙ্হনা খিত্তং য়েংখিবদা, মানা ঐবু মুংশিহনা য়েংখ্রে হায়হনা মমায়বা ছাত্রী কয়া য়ৌ-য়ৌ লম্বীদা য়ারী শাহনা চংনবা, ১দি মুপী খুদিংমক্তম্না "ঐঙোন্দা মুংশি হায়হন' ফোংদোরক্রবদি" হায়হনবা থম্নবা মতমগী শকহেনবশিংদগী থোইদোক্না নিংথিজবা পাথং অমনি। ফজবা হায়বসে ইফদা হেক ফজৈ, নোকলে, শুগংলে, শাওরে, অহনক য়েংনিংঙই. মাংদা মুভাইবা সেনেমা অমা ভোবদা মীং চোইদবমথে. থরাই ভান! য়েংবগুম।

ইবোহলগী কুচুদি ঙোই, মাইথোংদো ঈ থাংবা মরয়া ইনৌ নোথোকই। মাইথোংদো শাংতক ভাই, থজাই ভারক-পাহস্ন পোংতক্রদনা, থদাং খিত্তং শাংতক্না চেংতকই। মশমম্না নিংথিনা থাইহনা হাংলি। মীংতুম্না খুতক্না ভায়দনা, শজি মিভাবু ওমজবীনি। নাভোন্দম্না য়েং ওয় নাকন নাকন্দা কত্তক্না ভায়গা, থয় ভুমতক্না য়েংবদা ইফদা হেক ফজৈদঃ। মীম্না য়াং চাওই য়েংবদ' পেল্লি, অহনু পংহেন'হেনবদি নত্তে।

অসুম ভোহনা ইবোহলগা নিত্তি মুমিং খুদিংগী চথোক চশিন ভৌমিন্নমিব। মুপী অসি অতৈ কনা অমত্তা নত্তে, অঙাং ওয়রিইঙৈদগী অয়ুকী মুমিদাংগী লোইনরকপী পাঙল নিত্তোন

অমিমাখি। মহাকম্ না ইকল অমদা ইবোহলগা পুম'—২ চৎমিন্নরুবা মুণ্ডাইজবা ওয়রি মথোং কাখৎলকপগী পুন্সি অহু।

অমিনাগী কজবা শক্তি করি অমুক হায়গনি। থোংদগী ভোন ফাওবা চুং ফিরাল চাখিবনা, অহলদগা অভাং কাওবনা হেক উবমক্তদা ইশ হায়নদবা য়াওদে। য়াম্না ভাওশিন্নবা ভাকু-হুম্ মহাকপু হেক উবমক্তদা, তুমিন্না লৈখিহুনা মহাক্না শুক্ষৎপদা মতেং পাংখিগনি। ক'রগুম্বঃ মহাক্না লখীদা লাকপা মতমদা, মমাং শমহুনা চৎপা ফাওবা থবং তংতুনা তুমখিগদবোই নিংই মরমদি অহুক্না মস্তিক শুক্ষৎনবগী মশক ওইরম্মী।

য়াম্না তোপ চেৎলবা ইন'দ্র খুহুম চনবা ভম্রবা বিস্বামিত্রা মুনিনা অকনবা ধ্যান লৌ'রইভেদা আমিনাবু উবম্বা থোক্রবদি পুম্নমক কাইখিহুনা কাং-থো' চাইহুনা, মংগী কজবদা শুক্ষং-খিহুনা তোপ মচেৎ মচেৎ কাইরমগনি। অতুদম্ নকুনা করিগুম্বা মিত্তা কজবী শক্তি অমনা অমিনাবু হেক উবমক্তদা, অকি অথং থাদোকখিহুনা, শাদানবা লাক্লে হায়বম্ কাওদ্রগা এলেক্ট্রিক কারেন্তনা চিংলবা অমগুম্না লৈখিগনি অহুম্মক। শক্তি অহুবুম্ ফাগে তাম্নরক্লিবা জঙ্গলগী সিকার হৈরবা নোংশা নিংথৌহুম্ অমিনাবু উবদা অরাম থৌরাংবা পুম্নমক কোকখিহুনা, লাই লৌরবা অমগুম ১দি অয়েকপা তহবীরগুম, লৈখিগনি মচিলেংদনা অহুম্মক।

অমিনাবু হেক উবমক্তদা অহল মথৈনা শোয়হোই "ইমৌ ওয়নিংইদা।" নহা মথৈনা শোয়ে "মহাক্তবু লুহোংজরবদি চাত্রবম্ চারবগু নান নান্দুনা পুং ২৪ থবক শুহন্দনা, ঈশ্বরগুম্না

লাত্তুনা থমগনিদা। চারা হেল্লবস্থু নোংমগী মন্থুংদা অমুক্তং উরবদি পূক থনবোই নিংগনিদা।"

অমিনাগী শাওং শাদদি মী ব্রাং চাওই, ভারোই শাবান্নি। কুচু ভোনা ভুাভুাৈন্ন। মুমিদাংগী তমন্না কোরি চেল্লকপা, ভুাভুান্নবা মচুক্তমুক নিংথিৈজ্ঞ। শেঙ্গোই শক্তাদা খিত্তং শাংতক ভোনা লৈশিল্লকপা অহুনি। পীগুমত্নস্থ তবা-তবাই নাভোলমক্তা হায়রবস্থ থরা তুম্না ত'ই। পিক্তক ভোবা চিনবান্দুদি চাক য়োংপা চপ্পরোইদবগুম নিংত। মিংতুদি থিত্তং লাওতক্লা ভাই। খোইনা কাহেনবদি নত্তে। থুদা'মক্তবু য়ে'লবস্থ লফু লেমপ্রাবু ওএজ্ঞবীনি, পাম্বোমক্তবু হায়রগা থম্বৌ হেরাবু হেঞ্জবিনি। চোইজ্ঞাইনবা শম্নাংনা নিংত্ত-য়োনা ভারকপীনি।

মহাক্কী মাইথেং অসি উরগা পুণিমা থাজ্জমক্লস্থ ইকাইহুনা অমৎবা নোং মরক্তা পোত্তুনা থাংজ্জিবনি। লিরি হুম্বা মালংস্থ চোইজ্ঞাইনবা শম্না'বু হুমগদবা ইকাইজ্জহুনা থেহুনা চৎপ্পিবনি।

অমিনা অমস্থুং ইবোহল ইথং থংহোদনা মুংশিবগী ইপাক্তা থমথেংনা ভাখ্রে।

ভাপ্পবদা ঈপাকসিদা শাবী শানৌ অপুম্বা ইয়োইহুনা কাথংলকপা ভমহোদবদগী ঈয়াক্লহুনা পুজ্জি অহুম কেমপ্পে, ঈয়াইদা শাংপা থম্বালনা লৈমন চন্দুনা অস্থুম কেনথিবগুম। ভয়াংদা পোমজ্জবী ভসিদা শাংচবী, হয়েংনা ভাইরিদো লৈমাইদা নংবু।

"খুংগিবনা থল্লবা ময়াগী স'সারনি,
চাংজো নাইদ্রবা প্রেমগী ঈথৎনি,
তত্তনা চেল্হরিবা মতমগী ঈচেলনি,
নহা ওয়রকপশি'গী হৌনশানি।

অস্থুম তৌহুনা খুংগিনবগী সংসারসিদা খোংদারকপনা লৌসি-লৈনসি হায়না রাশক তেমশিংনখ্রে। হায়নিং-হায়নিংবা রা কয়া হায়দোক্লহুনা থম্মোইগী অর'ব' কে'করে। নিত্তিগী উনবা মরম্মা রা হায়নিংঙাই মচেৎ অমফাওবা লৈরম্রে। নোক্লগা ফাগী তৌনরগা খুংগি রারী শ'বগ' চপ মান্নম্রে। চ'মম্মরগা শকা.শকা উনজরগা, হরাওজবনা থম্মোইগী অপেনবা ওয়ররে। মথোয় অনি কলেজ তম্না হেক-হেক চৎমিম্মরকপনা বিঃ এঃ গী চহি অনি হৌজিনখ্রে। অবোহবা ফাইনেল চ'হ অমত্তা ঙাই'শল্লক্লে। নিত্তি মুমিৎ থু'দ'গী কোইমিন্নে, সিনেমা য়েংমিন্নৈ, শাবা শানৌ অনিসে। সাইকল অমমম তো'ড়না সহরন'চংবম্মু কোইমিন্নৈ অয়াম্বদা। অস্থুম তৌহুনা শাবী শানৌ অনি'সগী খুংগিনবগী চাং অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকলে!

উরিনা মনাক নকপা উপালদা য়েংচরগা হরাওজবগুম অমিনাম্মু ইবোহলবু য়েংলগা হবাওজবা মহৌশা'ন।

"অসিবু খুংগিনবগী মহৌশারনে? অহু ওয়রবদি মসিনা থম থেংবগী ঈপাক্তা ইরে'ইবদা পম্হংক্ষম য়োহৌদহুনা ঈরাক্লথি-গনিকো"

শারবা কালেন মুংশাদা পথমবা হৈরাং লৈরাং খিবিরা নোংমদোল লিক্রা তারক্লগা, মোমোন নোকতুনা তেথংচবগুম ইবোহলমু অমিনাবু উজরগা মপাল নাইজবা মুংভাইবগী সংসার-সিদা য়াতাজরি।

নোংমদি অমিনা অমস্তুং ইবোহল খোবাল তোমচিংগী দৃশ্য য়েংখিসি হায়নহুনা কলেজদগী চম্মা লাক্‌না সাইকলদো মখাদা সো লোন্দুনা থনম্লগা তপ্পা ২ কাথংলকই। অমুকসু মখোয় অনি পুম্মা হৌনা নোকই। অস্মা লাকপনা, চিংদোল য়োরহুনা মখোয় অনি পুম্মা ফমিম্নরে। মুম্মিংতুস্ম থাংজা ওয়খিবনা, মতম য়াম্মা চল্লি, ঘড়ী য়েংলুবদা মুংখিলগী পুং অমদমক তাপ্রি। ইবোহলনা অমুকসু ঈশৈ ৬ লি, অমিনানা অস্তুম তারহদগী নোকথোকরকই। মখোয় অনি পুম্মা অমুক খিক ২ নোকম্নৈ। তু মম্মা অমুক ফমহুনা দৃশ্যদো য়েংলি মাইকৈ মরি থুংনা।

খোবাল তুরেলন: অরাংলোমদা শাফু কম্না চেস্থরকপনা, কনানসু থিংবানিংভাই লৈত্রে মতাগুম নাপলগা লোইননা লাক-পনা তোমচিংনা চংপা য়ারেই মওংগুম ফৈগাক ফৈনা থিংলি। ইকাইবা ফংলবা ঈচেগনা নাপল কাইরহুনা মাইথিবে মতাগুম নোংচুপ থংবা মাইকেদা লোংনা ফিক্ক থুমহুনা হাইথখ্রি। তুরেল মখাগোমদগী চিংথকলোমদা লোইরোই ভমথংলকপদে। অশংবা নাপীনগা কুপসিনখিবনে ফরাংজি থাবহু মভাই। চৌংচেপ্পা হৌরিবা তেরা পাম্বী পরেংসিং অহুগী মথক্তা অঙোবা উরোক পরেংনা

তোংলিবগুম্ব ঈশিংদা মমি তারদনা খোইদোক্লা পুক্লিং ওনবগী মশক্লি।

থাপ্পা খুক্লং কয়া উরিবা ১দি চীং কয়ানা শাংনা ২ শন্দোক-খিহুনা খুক্লংগী পম্বুংকম ওইনা পল ওইনা থারিবা খোইদোক্লা নিংখিছে। মাইকৈ অমরোমদা য়েংখিবদা থোবাল সহরনা ইভো-ভোনা উরিবা হুকান পরেং—২ লৈরিবা, এলেকট্রিকী থাওমৈনস্থু ইভো ভোনা থাগ্রিবা, মণিপূরগী অনিশুবা সহরনি হায়বা অহুম তাকই। কৈথেল কাবী ইমা ইবেলসিংগী থোঞ্জেলনা ঈশিং ইচাও লাকপশুম য়া-য়া নিল্লিবা, অমদি মসিং য়াংমদা লৌউবুক লন্নাং কয়ানা ক'কয়েল পোরম শাখ্রিবা। মৈথুগী মৈরীনা নোংমদোল অতিয়াদ পাইখংখিহুনা নোংগ মরুপ ওইরগা ভিম্নাথিবা খোই-দোক্লা পুক্লিং হুনবগী মশক্লি। খর অমুক থাপ্প. য়েংখিবদা ইকোপ পাৎন' অভোবা ফি ভিথোকপশুম পাক্লা শন্দোকখ্রিবা, পাৎকস্থু ১ত্তা ওইনা শম্নখ্রিবা অমুব' চীং কয়ানা পম্বুং ওয়ংনা মোইরাং খুক্লং তুমহুন: লৈবগী মও'শুম লৈ'রবা ১দি :পাখী-চেক্ল' কয়ানস্থু থাপ্পা-নক্লা চেক-চেক থোংহুন' ১ংশিব ঈশৈ শক্লিবা পুক্লিং অসি ফুংওল্লি।

অম্নুম তোনা শাবী-শানৌ অনি অসি ফুভাইন' করাও মথোই কানা, মরক মরক্তুস্থু অন্নাবা মচেৎ ২ য়াওন', দৃশ্য অহু য়েংলি। অমুকস্থু মাইগা মাইগা ওনশিনহুনা য়েংনৈ।

ভাইহাক লৈরগা মথোয় অনি চৎলসি ভাংনরহুনা ভপ্পা ২ অভপ্পা লখী অহু হায়থরক্লে। মসিনা মথোয় অনিগী মপাদা মতম কুইনা কাওররোইদবা পোৎশক অমমমশুম ১দি লেঞ্জবা

শাক্ষিগুম মমি তায়রম্রে। খুৎকা-খুৎকা শয়রছনা লাকপনা চাৎগী চিঙ্খা য়োরক্লে। মতমদো মুংখিলগী পুং ৫ রোম হায়রকপদা মণ্ডাইরি। সাইকল সো হংদোক্লছনা শাবী শানৌ অনিসে য়ারী শানা-শানা, লেংথৈনছনা খোরগা চংস্ত্রে অহম্মক।

———

# তঙুবা শরুক

অয়ুবখান ডাকু হৌজিক য়ায়' শুভ'ইরে। মহাক্না তৌরম্বা থবক থোৱম পুন্নমক অলাখানগী মখুত্তা লোইনা শিন্নবে। অলাখানসু থবক থোরম শিনবদা য়াম্না ঐহ 'শং'বা পাইরক্নী লোশিং য়াম্না লৈবা, তুংদা লৌক্রুকদব' থবক শায়' থংবা অমা ওয়বতা নত্তনা মথোনা ফবা শাবে-শায়' হৈবা, থা' তা শিজিন্নবদা মপা চুম্বা মরমসিদগী লৈবাক মীয়াম্না ১দি মাইকে খুদিংমক্তা মমিংদা পনবদা তুজুনখ্রবনি।

অয়ুবখান মশামক্তসু থঙ্গে মহুদি অলাখান অাস মহাক্নী য়েং থংবা পাম্বোম ১দি কোকনি। মসি য়াওদনা মীওয়বা সমাজনা থবক অমত্তা পাংথোকপা ঙমলোই।

পাঙ্গলদা হায়রগন' মহাক্নী থুং য়েং অমম্ভং ওয়নি। মহাক হেক লৈথিদবদা অয়ুবখানগী পুন্সি লোইরবনি।

হৌজিক অয়ুবখানদি মমিংদমক ওয়বা ডাকু ওয়রকলে। পুন্নমক অলাখান্না লোইনা পাইশিনখ্রে, তৌবদদি থবক তৌরমদাই

খুদিংগী মাগী য়াথং লৌহুনা পাংথোকই অলাখান্না। মহাকপু ভাবদা মীপুম খুদিংমক থোং লোন্দুনা লৈনখ্রে, অদোং দগী অহল ফাওবা।

অলাখানগী মচা মুপা অমথক লৈজে মমিংনা রাহিমখান হায়না কৌই। য়েংবদা মশক অহু য়াম্না থি, করিগুম্বা অভাং উরবদি পাথংতুনা কপই। মহাকসু মথোং কাথংলকপগী, লুহোং থোংদোংবগী চপ চাবা মতম য়োৱরক্লবনি, অহৃবু পংলৈ মরৈরী নাওবি অমা পাইবগ', লৈরক কোম্থোং খুদিংদা।

রাহিমখান মৈত'লগুম্ন মুশিনমুক মাইথোংদো। ঈ ফাওবা মুরব্রা কৰিনে' থংদে' অডাংবা খুজিনমুক ফাওবা য়াওদে। মাগী শাও-শাদা থাবা ভাববদ মীয়াওনি, য়াং চাওমনবনা মীপুম খুদিংদগী চিংনা মমাল্লবশিংনা "সোরারেনগী থরাম্মিচাক লানহুনা হেকপায়ু হায়না ফাগি তৌই। মশা য়েংলুরবসু য়াম্না থিক-থা চুম্বা, নোই পেনবা, মপাঙ্গল য়াম্না কনগদবা মাল্লি।

মহাক্তী মশম চপ-চপ য়ুংখৎলি, মনাতোন হায়নিংঙাই লৈতনা চাওই, মচৈনবানসু অহু মডাই। মনা য়াম্না ফজি, শামু মানা অমসুং কোনা হুমাইগী পাংথকুম। মমিং অহু হায়নিংঙাই লৈতনা লাওই, যদ ঈরোইগী মমিংকুম। মমিং অহু শেপ্পী, ওয়ুথংবা নাকন্দো। লাইরিক লাইগু তমহুনা মপানগী ইয়াং থোইদোক্লা থংগদবা মীওয়সু মান্দে।

অঙকপনি থাজদবা হিঙ্গোলদা ওয়দবা পাম্বী থাখিবদো থংহৌ-মহৈ য়াল্লকলে। রাহিমখানসু মপাগী মডোং পাংবা ওয়না ডাকু

মরক্তদা য়াওশিনরে। থবক কয়া পাংথোকপা ঙমলকপা মরম্না ময়ামহুপী মরক্তদা ফাওগংলকলে।

অচাকপা য়াথৈবু কয়াম কুইনা থম্বা য়াগনি। ময়োল চোং-জরকপা লৈপালবু নংনা চোংহনবনি হায়গেরা? নোংগোবী কৌবী চেক্লানা লাইক্ত ঈশিং ঙাইবদো থৌবাংহনা তৌবনি। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং নবানা হঙা হায়না কপচবা নংগী নথুংসিনি হায়গেরা? পলেম থোম্নাং কৌজবনি।

ডাকু মরক অঠদা মীনা ঙম্রবা থবক কয়া য়াহিমথায়া তৌরকলে। মহাক্তি অরাবা তারবা অশোনবা মী কয়াবু মতেং পাংই, দান চাওনা-চাওনা তৌই, ইনাক কৈরাক খুনবা শেঙ্গাও পাইবশিংদগী লুং তৌহনা পুরকপা স্না লুপা মণি মুক্তা কয়াহনা। অমম অথেংবদা লম্বী চংপা মুপী অঙাং ১দি লংকৈ চৎপা কয়াবু ময়ুম তাম্না থিনবীহনা নংথিনা সেবা তৌহনা তেংবাংই। নাপন্ন চাওবা মী হাংপা, ইনাক কৈরাক খুনবা মীশিংবু য়াম্না তাথি।

ডাকুস্থ নোংমা নোংমগী অশুম-অমুম মশিং হেনগংলক্কই। মাগী মমিংস্থ মক্কম খুদিংমক্তা তাহনা য়াম্না ইকাই খুমবগা লোই-ননা চুজুংনরে। শক্তি অহিং লিক্লানি, ঙপদি অমৃতা লাইজনি তাইবং পুম্বনা থকপনি। য়াহিমথানগী পুলিস্থ অমুম তৌহনা লেক্লকপনা চহি অমা পুম্না হৌরে।

+ + + +

ওসিদি অমিনা অমম্নুং ইবোহলগী মুঙাইরবা ইরাংদা তাঙ-হুনা লেপ্লিলে। মথোয় অনি নোংমা উম্নহোদবদা চহি অমা উনখিদবগা পাংথক ওয়রে। ঙাইহাক্তম্‌ কাওনদে, মীকুপ থুদিং নিংশিংনরি অমগা অমগা শাবী শানৌ অনিসিগী হুংশিনবগী থৌরি অসি কম্না কিশিনখিবনা, থাইদোক্লবদা য়াম্না ৱানা থোক-ক্লরগনি। থদৎপম্‌ ঙম্নরোই অকনবা বীর ওয়রুহনম্‌।

মথোয় অনি মতমগী মতুং ইম্না বি, এ, পরিক্ষা থারে, রিজলদি থংজ্রি। পরিক্ষাগা লোইনখিবা মতাং ওইখিবনা, কলেজ চৎলবনিনা ইবোহলগা উনবদা থরাদ মতংলে। অসিগা লোই-ননা অহল লমনশিংম্নু চপ চানা থংলম্বদগী হেন্দোক্লনা লৈকাই ৱাংমা লাম্না ৱা-ৱা লাওনরকলে শাবী শানৌসিগী প্রেমগী ঈচেল। মৈবু কিনা কুপ্না য়াদবা অশেংবনিকো।

অম্নাবগী মথক্তা অম্নাবা হায়রবহনি। মসি থাজেশেংনমকম্‌ অচুম্বনি। ইবোহল মহৌশাগুম্না অমিনাগা উম্নবা ফংজ্রে থম্নবদা ৱানা থাংহুনা লৈরিঙেদা মমা মপানা ঙাংশিন্নকপা অহু তারগা অমুক্তা হেম্না ও: থোংনা কপথরে। শাওবনম্‌ মম্না মৈ কি কি হৌথিবগুমদে। ৱা অমত্তম্‌ নিংথিনা হায়নবা য়াথিজ্রে।

মমা মপানম্‌ শাওবা হেনমনলকপদগী "পাগল মুপী অহু নত্রবদি মমুম পানবা থংজ্রা" অসিনচিংবা তাবদা ৱারবা ৱাহৈ ঙাক্তা তারকপসিদগী ইবোহল নোংমা-নোংমগী মোনশাওবা মথাওয় শংথরকলে থম্মোইদা।

মরুওয়নসু গুলাপসিং অমসুং লৈমহলসু মহা বৈকখনি। গৌবিয়া ধর্ম্মদা পুক্নিং লুপচহনা শোরু পরবা য়াদবগী মভাংদা মচা থাইনা নাইনা য়েংহনা লৈজরিবনি।

য়ুমহুদা ঙাংনা ঙাংনা লৈকাইগী অঙাংদগী অহল ফাওবনা য়ু'-য়া লাওনবকলে, ইবোহল অমসুং অমিনা লৌনশি-লৈনশি য়াশরুহনা তেমশিংনখ্রে, অসিনচিংবা হায়নহনা। গুলাপসিং অমসুং লৈমহলসু লৈকাইনা তোপ্পা ইনথোকপীহনা খুং চাবীত্রে, হিদাকফু কিদাসু তিন্নবীখিদ্রে। শ্রাদ্ধ, কিরোই, তর্পননচিংবা য়াওহনদ্রে, অহুদসু নত্তনা লম্বীদা উন্নরবা ফাওবা থৈহনা চংনরে।

ইবোহলদি অসিদগী হেনখ্রে, মহুদি মরুপ মপীজাশিংনসু য়ায়া তুরুচবগা লোইননা তিন্নবীদবদা নত্তনা তিনহুম শিংচিনবী-রুমহনা চংথরে।

থো-দো অসিদা ইবোহলসু হায়নিংঙাই লৈতনা থম্মোই মচেৎ মচেৎ কাইরবনি। অহুবু করি তোরুগদগে থন্না থন্না অহুম মরৈরী মীংলুগী পীরা' শিন্নু-শিন্নুনা।

গুলাপসিং অমসুং লৈমহলনসু মচাবু মপান থোকপা য়াদে মতাগুম অমুকী মুমিদাংগী শেন্নহনা লৈরকপা কুইরবনি। অহুন ওয়নমক ইবোহলনা অমিনাবু মীকুপ খুদিংগী নিংশিংলি। মহাকপু উননিংবনা ঙাইহাক্তা পোংথাদে। তিলাইখুবী চুন্নবা

কনাগুম্বা মীশক অমনা হাকাজবদগী থুং অনি থাহ্না খ্রো-খ্রো খোৎপচ্ছ মঙাই ।

অমিনাবু উন্নবিংই অহ্নবু উন্নবদি ফংজ্রবনিমা য়ুম অহ্নগী মন্নুংদা ৱানা থাংলি মীকুপ অমত্তা পোত্থাদনা । অশাবা কম্বীদা অহিংবা ঙা হাপ্পুনা ক্রং-ক্রং চোংহনবগা পাম্থক ওইখ্রে অসিদস্থ নত্তনা ফক্লাংলোমদা অহোবা মচেৎ অমথক্তুং হেক উবদা অমিনা উন্না হায়ত্তনা য়েংলি থুনিং কাংথংতুনা । থোকথিবা খোদোক কয়া অমম্নুং পুম্না চৎমিন্নহ্ননা হায়নংবা কয়া হায়নখিবা নিংশিনক্লি মীকুপ থুদিংগী । মহাক্না নোংমা ঐভোন্দা শাওখিবা, অমুক কাগী তৌহ্ননা নোকখিবা নিংশিত্তনতা লৈরি অত্তম্মক । নিংশিং-নিংশিং-লুংগা অমুকস্থ হৌনা ২ ফাক ২ নোকথোরক্লি । অমুকস্থ কৌ-ৎকন্ত অমিনা অমিনা হায়হ্নন । কৌন-কৌনা অমুক লৈরি ভুমিন্না অঙাওবগুম । অঙকপা ওয়রেকো শাবী শান্নোশিংগী লুং-শিনবগী খোরী । মসিনবু পুনশ্রবদ থাদোকপা পাক য়াদবোই-বেদকো । করিগুম্বা য়াবম্নবদি কিশ অসি ইরাই লাইনা থোক-লমগদবনিকো ! কয়াদা কমা কিশনশ্রবনোসে ।

নোংমগী মুমিদাং ৱাইরমনি । ইবোহল য়াম্না নিঙমদনা কাইনা মৈচাক্না থুমহৎতুনা মাইখোংদে, থব মকা লামগজ্রা থংদুনা য়ুমদগী মপান খোরক্তুনা তুরেলগী শংবান্নবা ঈশিং অহ্নদা মুম্না য়েংথখ্রি । য়েংনা-২ মুংশ মৈচাক্না থুমহংলবা থম্মোইদো ঈশিং ঈচেলনা খুং থত্তুনা কৌরি । মহাকস্থ হায়নিংঙাই

প্রমাণ লৈতনা তুরেল মথাদা কুমথনিংই। নিংবা-২ মখোং তমা-তমা থাংহনা কুমথরক্লগা কমথো ঈচেলগী মরা ওয়রগা, থোংহুগীদি মথাদা ক্লেনা ম্লেংনা।

কালেনথাগা ওয়থিবনা ঈশিংহুম্ব খুউমুক্তা ম্লোই। মথাগী মুংক্লেং অমম্বং লৈতোইশিংহুম্ব ইভান ভাম্রা উরি। ঈচেলহুম্ব য়াম্রা কৌজে, লুই অমদি নিম মচুগা পাংথকনি।
ঈচেলহুদা ইবোহল ম্লেংহনা অহুম মরৈরী। মীৎ কুপ্তে, হরাও তরাম্বগী মাইথোংম্ব উদে, য়াম্রা শোকথনা নিংবা কাইবগী কিবম ওয়না উই।

অসিগুম্বা মতম অসিদা অমিনাম্ব স্নাদুন অমা খ্বাংদা ম্লেপ ঈশিং শোকদবগী তুরেল খুদাদা পরপ-২ কুমথরকই। য়াংমদা কমলিবা মহাকতু উরগা থিক্তং চিংনবা অমম্ব' লুংনাংবা অমা থংহোদনা থম্মোইদা কাওরকই। মতম অসিমক্তদা য়াম্রা মেংনা বীনাগী মুরদা, ১দি ঈরোই মচাগী থোনথোক্তা ইবোহলনা তপ্পা কৌরকই। "অমিনা সোমদা লাম্হোরকউ।" মসি তাবদা থাই লাওই, থম্মোই মরাং হোই, ভিং-ভিং চোংই, ইকাই লুংশি য়াম্রৈ। ভাইকাক্তং য়াথল তৌহনা লৈ। মতম সিমক্তদা অমুকম্ব কৌরকই। "লাম্হোরক্লরোইদ্রো।"

থোক্লেল অসি মহাকম্ব চপ চানা থংই। চৎনিংবনম্ব মখোং মরোং মরোং চৎলবনি অহুবু তুমিন্না অহুম মরৈরী য়াথল তৌহনা।

"উমহুনা চায়নিংবা র: কয়া চায়হৌরে', হসি অকবা ডজানি" হায়হুনা হন্তনা ইনশিনকাদ। অমিনাসু খংহৌদনা চায়হৌরগে মতাগুম ১ দি নংহৌররোই খল্লত্রা করিনো থুনা য়াংনা স্নাবুন থনম্লগ। মখ্বাংদা মখুং অনি পাইরহুনা, ফনেক মথকলোমদা খিত্তং চিংথংলপ্না ঈচেলহুদা শমহুনা চবুক চবুক চেম্বরকলে ইবোহলগী নাক ভমহুনা। মশাগী মমিসু ঈচেলম্নংদা তারহুনা', মুমিদাংগা ওইবনে ঙাক্লানবা মচুনগা খিত্তং য়ৈরকপনে ওম্বোক্লা ফজগ্রে। তুরেল অহু লাম্বোক্লবা মতুংদা কাওগী খোংথাংদা তপ্না তপ্না চংলকই ইবোহলগী নাক্তা। রাদি মচেৎ অমফাওবা কাংথোক্লনা ঙাংবা ভমজদে, অতুম য়েংলি ইকাই লুংশি য়ায়হুনা। মকমদো ঙাইহাকমুক্তি উন রাইমুক চিকখ্রে। কনামত্তগী খোনজেল তাদে, ঈচেল নত্তনা তুরেলনী। ইবোহলতুসু য়েংথিবা মাইকৈ অথদগী মিংফম অনি গুদে, অতুম মরৈরি। অচিকপা অহু থুগাইহুনা অমিনানা য়ায়া ইংনা তপ্ন মথা শমথরকই।

"করিগুম্বা"।

"অতৈগী নত্তেদা"।

"কারিনো ?"

"রা অমা হায়গে ভৌবনি"।

"করি রানো ?"

"হৌজিক অহল লমনগী ফিভম নহাক থংলবা নত্রা।"

"থংগে"।

"অহুদি নং ঐগী রাথল থাদোক্লো"।

রাহৈ অ'সি তাবদা অমিনা কোকথক্তা বজ্র তারক্কনা মন-বগুমখ্রে। খাই লাওনা রা মচেৎ অমত্তা ভাংখিত্রে। মীৎলুদগু পীগী পীরাং থর শিস্থবা হৌরক্লে। মতৎ ২ ওয়বা রাহৈনা মখা অমুক তাথরকই।

"তামো"।

অহুমক্তদা ইবোহল রা ভা'দে, মানা য়েংলিবা মাইকৈদ্বদা অহুম লৈরি মীংকম অনি শুদবমখে, অস্তম য়েংন' য়েংনা পীরাংসু শিস্থরকই মীংলুদগী মুনা-মুন। শিস্থবক্লিবা পীবাংনা অমিনাগী রাহৈগী পাওখুম ওয়'র। অমুকসু হায়রকই।

"তামো"

ইবোহলসু তু'মন্না লৈরবদ অমুক মমাই ওনখৎলক্তনা "ঐন' হায়রিবা অ'সি য়ারব্রা অ'মন"। রাহৈ অ'সনা অমুক হেন্না অমিনাগী মিংলুগী 'পরা' 'পংবা ভমহনখিত্রে হেন নত্তুম শিস্থরক্লি মতুম মতুম। চাওবব ডাম অম কায়বদা ঈশিং ইচাও পাথবক্তনা মাইকে মবিমক থুমহংখিবগুম, অমিনাগী পীরাং তনা মমাই মমিং পুমচোৎ চোংশম্বদগী লৈমাইথক্ত মচুম তপ-তপ তাবা হৌবকলে। শিস্থরক্লিনা মীংকী পারাংদো লৈমাইথক্তা মচুম পোপ-পাপ তা'রবদে। য়েংনা খোংবানা নৈরি। অহুবু অমুক অমুকসু পীরাং তৈথোক তৈথোক্তা খোঞ্জেল হৌনা কপ্পা হৌরক্লি অ'মনা দে

মাগী মতভাসিদা ইবোহলসু তুমিন্না লৈবা ভমশিনক্তবে। হৌগৎলগা আমনাগী মাইথো' মাপ' ওয়রপ্পা ওনাশিনক্তনা

হায়রকই তপ্পা অমেংবা শুরদা—

"রাগশুনে থরাইগা চারবা অমিন', এরা নত্তৌ য়েংনিংহনা কাগি তৌবনি। ইবোহলগা পুন্সিনা লৈরিভেদা নংবু থাদোক্‌-দবদি মত ফাওবা মংলুগনু।"

ইবোহলগী রাহৈসি তাবদা অমিনা খংহোদনা হরাওবা পোকলক্লনা নোকখোরকলে খোঙ্গেল থোক্লা। অহুগা চেংনা কোনশিনরে।

ইবোহল অমসুং আমনাগী পুন্সি থডকপনি। অতাং ওয়রিভেদগী লোংনরকপ' অমসুং তিন্নরকপন', নোংমগী মন্নংদা পুং ২৪দি নি'শিংহন' লৈনরিবনি। ডাইহাক্তসু লাপথোকতে রাথলদ', নি'শি'নরি পুন্সগী মীকুপ খুদিংদা। কাওদ কাওদনা লৈরকপনা ওঁসমু লৈরি অহুম্মক, মুংলরোইদবা মু'দা য়েকপা মুক্তিগুম ১দি ময়েকুম। হয়েং পনাসরমদাই ফাওবা কাওররোই ইবোহলগী থল্লোইনা, অমিনাগী খুংশি প্রতিমাবু।

অমুম তৌহনা চেংনা কোনসিন্নহনা শাবী শানৌ অনি অসে পুন্সিগী তংলবোইদবা প্রেমগী থোবীনা চেংনা কৌশিনরে। কনা অমত্তগী খোঙ্গেলনা শাবী শানৌ অনিসিগা ইথংইপোম অসি মরাং হোইন্দুনা কাইনহনবা ওমদে। মালংবা খুংশিং ফাওবা চপ লেপরবোই নিংই। মখোয় অনি শক্তা শক্তা উনহনা অরা মুঙাই চিংগোইনবা আসনা শুমহৎখিবনা. সংসার হায়বসে করিনো হায়বত্তসু পুমকাও কাওখ্রে। মন্নরা কান্নবা মীওয় অমওয়:, করিনো, কনানো নিংশিংবা লৌখিদনা অতোপ্পা সংসার

অমদা অতুম তাওরে। মংদা নিংথৌ ওইহুনা লৈগী দোলাই ভোংলগা, চংনা স্বর্গ কাবমুম মুডায়না লৈখ্রেদে। মথোয় অনিসে।

কনা অমত্তগী খোঙ্গেলনা শাবী-শানৌ অনিসিগী থম্মোই থুগাইহুনা, কৈরেংহন্দুনা ঈ চুপ্পা ভমখিত্রে।

অমুকস্ন থম্মোই তানা খেল্লা-খেল্লা নোকই, অমুক্তি নিভমদনা লৈ, অস্নুম তৌহুনা শাবী শানৌ অনিসে মরৈরী অতম্মক হন-দোক্লবস্ন ভমদবইথ। মথোয় অনিগী থম্মোয়সে ভসিদি অমত্তা ওয়না শয়খ্রবা করিনৌ থংত্রে। লংজা অকুপ্পা কয়ানা কুরু তাহুনা শেমগ্রবা প্রেমগী থৌবিনা পুনখিবদগী চেৎনা, থদৎপা ১দি নান খোকপা য়ারব্রা করিনৌ?

অমুকস্ন ভসিদগী অরোইবা মুমিংনি মত্তাগুম মুন্না-মুন্না য়েংনৈ। অনিমক মিংলুদগী পীরাং শিন্দনৈ, মুনা মুনা থবাই তম্না মচুম মচুম।

অস্নুম তৌহুনা শাবী শানৌ অনিসে পোম্বীগুম চিদোক্লা, চেক্লাগুম চিদিম্লনা ১দি কৈরা অমথক্তুদা তোংমিন্নরিবা থাবল করবা অহিংগী নোংয়িল লাবা অমোমগুম, লৈরকপনা হৌখিবস্ন থংহৌত্রে মতম। শাংগ্রবা মতম অসি সেকেণ্ড অমথক্তা ভন্নর-বোই নিংনখ্রে। মতমস্ন অমুক হন্না হৌখিদনা, অতুম লৈবা য়ান-বগী মওংগুম, খুরুমজরক্লে থম্মোইস্নংদা লোৎনা তাইবং মপুবু। অস্নুম হৌখিবনা য়াচংবগী পুং ৭॥ তাশিনখ্রে। মতস্ন তাবা কং-নখিদে নাকোংদা শাবী শানৌ অনিসিগী। প্রকৃতি লাইরেম্বী ১দি কাম কৌবীনা মথোয়নিগী ঈচেল অসিবু

থুগাইছনা, লৈখোক্তুগী কেনথ্রবা লৈরাংনা থাইনছনা লৈবক্তুম অরেম্বদা, থাইদোক্লহনবা ঙমখিদ্রে। অঙকপনি প্রেমগী অকনবা চৈনা। মুংশিবা ঈশৈদগী চিংনা মুংগুম্বা কল্লবা শমমোইনা, ফজবা রাহৈ রাতাম্ম য়াওনা, স্না লুপা মনি মুক্তা কয়াম্ম থেংচিন্দুনা, চৈনা অসিবু কোকহনবদি ঙমদেদো। কল্লবা য়োত্তম্ম তক্লবদি তুম্লকই অহুবু চবোহল অমস্থং অমিনাগী থম্মোইদা য়েক্তুনা লৈবিবা মুংশগী মচা নাইরবা অপুনবা লংজাশিংসে থাইদোক্লবদা রামা রানা থোক্লবগনি।

অস্থুম তোহনা শাবী শানৌ অনিসে কনাই, মমা মপা, মচিন মনাও চংনবী শমাজ ফওনা পুমকাও কাওথিহনা, অমনা অমবু চেংনা কোনশিন্নহনা, পুক্ষিগী তংলরোইদবা মুংশি খৌরিনা চেংনা পুনসিনখি। করিগুম্বা সংসার অসি কবিনে হায়হনা কনাগুম্বা অমনা হংলক্লবম্ম অস্থুম খুমলকপা য়াই, "সংসার অসিবু মথোং অনি পানব্রা নত্রগা মরি পানব্রা ?"

অসিগুম্বা মতম অসিদা থদাংচেং লাকপ, অমুবা ফিজোলনা লৈতেংবা ডাকু অমথক তুংলোমদগী লেম্না চংলক্তুনা ইবোহলগী মকোক্তা করিগুম্বা থুংলাই অমনা থাই। চৈনাখোলমা ঈথেংগা লোইননা পাথথাথহনা লৈমায়থক্তা থংহোদনা হাইথম্রে। ডাকু থরম্ম চংলক্তুনা অমিনাবুনা মাচন মেম্বগা পুহনা চংখ্রে মকমহুদগী। ডাকুশিংহম্ম অতৈ কনা অমক্তাওবা নত্তে, অমুবেথানগী কাংবুনি। অমিনাবু পুহনা মেম্বর সেরগা মযুমদা চংশিনখ্রে।

লিভাল খোংগী মথাদা ঈনা ঈথেং তারবা, মকোক থিনা কাইহনা লৈমাইথক্তা হাইথগ্রবা ইবোহলদো, মখোংমা লৈরাই-রোমদা মকোক্না ঈচেনলোমদা তাহনা লৈরি। অতকপা ফিভম্নি তনৌরবা মাইথোংদো ঈনা পুমতৈ-তৈহনা ইঙাং ঙাংনা লৈ। মশমম্থ জ্বাই জ্বাই ঈশিংনা পুংলুপ লুম্নী।

মতমসিমক্তদা মকোই মরাংদা মশক লাকসিনবা ঙমজবা ফিমু শেংপা ডাকু অমম্থ তুরেল মথাদা ফিংনা কুমথরক্তনা ইবোহলবু কোনথংলি। ব্রা ইঙাং ঙাংদে, থোংলৈ থুনা পমথংহুনা মরেংবান্দা থোংগংলহনা মকমতুদগী চংখিরম্মী। মহাক্না থোইদোকপা মতিক মগুণ অমম্তা উংলমদে। তৌবদি নিংবা কাইবগী অমদি নিঙন্দবগী পীরাংনা মীংলু নাপোম অনিদগী মরি মরি, মচুম অমা অনিথক শিন্থরকপা অহুমথক্তি উহৌই। অহুগা ইবোহলগা মতৌহ য়েংলগা মীংলুগী পীরাংহুগী মরক্তা অরাবা শককম থর য়াওখিবা অহুমথক্তংগা থাংগৈশেংনা উহৌই। কনানা হায়বহৃদি থংদে তশেংনা।

অগুম্না ডাকুহনা ইবোহলবু লেংজুমদা থোক্লহনা তুরেল মথাগী লথৌহদা লাকপনা মমৈথংদদি কৈরানবী হায়রিবা চাংদো মৌরক্লে। মফম অহু মী অমতগা থোক্লেন তরে ইচিক চিকই। থাপম্থ কব্রাং ১ম্থং লিপমলোক্তা তামথ্রবা হাওথুলবু ইমু মুনা উরি।

মফম অসিমক্তদা মাইকৈ মরি কোইনা ইএমময়া কোইসিনবা, থেল মায়রবা মতেক অমদা ইবোহলবু লোংনা হিপহন্দুনা থরে। মৈ হৌগংহুনা মশাদো অশাবা থর কাওহন্দুনা তেরা পাম্বৗনচিংবগী

মনা কয়া খিরুরগা অকাইবা মকোক্তদা শুমহুনা কিজেং অমনা নিংখিনা থুপকী-কিশিল্লে। খোইদোক্না পংয়াম য়ায়া শোকপসু নত্তেদা, শুপগী উনশা খর তংখিবগী য়াদনি। য়ায়া নিংখিজনা সেবা তৌবা হোৎনরি ইবোহলবু ভাকুহুনা।

সোমদনা মরোল অমা অয়ুবখানগী কাংবুদো ইবোহল শিরে হায়হুনা য়ায়া হরাওরি। মমা মপাসু ওসি পুন্না লোই-শিন্দুনা যুমচিংবা মৈ খাগদবনি হায়না য়ারেপ্নবা মতুংদা মতম ভাইহুনা লৈরে। চেকসিন্না ভাকী শেন্নবগীদমক্তা খোরাংসু তৌহুনা লৈরে।

অসোমদনা মরোল অমা ইবোহলবু ভাকুহুনা য়ায়া নিংখিজনা সেবা তৌরবা মতুংদা ভাব খর-২ তারক্লে। মীৎ পাংখোরক্লে, য়েংলকই অকোইবদা কনা-২ লৈবগে অমসুং মকম অহুনা করিনো হায়হুনা। মনাক নক্না উরে মকোই মরাং চোয়বা ভাকুদো। মহুদা ইবোহলসু শাওরপ্নঃ কনানো হায়হুনা হংলকই। ভাকুহুনা নোকখেং তৌনা "নং ভাব তারব্রা" হায়হুনা হংলকই। মহু তাবদা ইবোহলদো হায়নিংভাই লৈত্তবমখৈ শাওনিংবা পোকপ্লে, হাংলগে মতাওম কুক হোগৎলক্তনা মনাক্তা তারিবা অরংবা ছুরীদো তাপ পায়হুনা চেনশিলকই।

ছুরীছুসু ভাকুহুনা ইবোহলগী খোনা য়েংনিংহুনা, মমাং ওন্ন-রগা থমলিবনি, মুপা মচা খোদাং কুদোকসনু হায়হুনা। ভাকু-হুগী মখুত্তসু অরংবা ছুরী অমা পায়হুনা কদম তৌনরি। মাইগ-মাইগা ওনশিনহুনা মুন্নরি। দক-দক থিরে, খক-খক ভাকখোরে,

ফৎ-২ লৈথোক্লে। অমনা অমবু হেন্নদে। ইবোহলদি চোক-থরবনিনা কুইন কুইরগা শোম্থরক্লে অমস্তুং লেকথরবনিনা কুইর কুইরগা থাং ফাওবা পান্নবদা ভমলকত্রহৃনা লৈমাইথক্তা পোপ লাওনা তাখ্রে' খুদক্তদা ডাকুহৃস্তু থাং থাদথিহৃনা ইবোহলদা য়েংহৃন লৈবে, মুংশা স্বর ফুইনা ফুইন' হোন্দুনা। মতাংসিদা ডাকুহ্ চংশিল্লক্তুনা ইবোহলগী নাক্তা ফম্মরে। নোকথি ২ তৌ-হৃনা য়ারীহৃ মথংশিংন' লিথরক্লে। য়ারীহৃ তাবদগী ডাকুহৃনা মহাকপু কনবীবনি হ'য়বসে চপ চানা থ'লে। অহুদস্তু নত্তনা মথোন্ন অনি ভাইহাক থাং থিন্নবগী মরমস্তু ইবোহলনা য়ারীহৃদগী থংলে। চান্নরবা মরুপ ওয়থিহৃনা কোনসিন্নবে থংহৌদনা। চপ চানা ইবোহলনা ডাকু জগংসিংনি হায়বা থংলে। মচিন মনাওগী ঈচেলহৃস্তু থম্মোইদা ফাওরকই।

ডাকু জগৎসিংদি মীং তাবদা মীপুম খুদিংমক্না কিনরবা, থোজাল হৈবদস্তু কর্ণগুম্নবা, ভাকপী হৈবা, লোশিং শিংবা মী-ওয়নি। মথক মথা নাইদনা ডাকু মঙ্গলসিংগুম্না শেগাক কাইনা মমিং চৎলিবনি। য়ারবা,অন্না অনা তারবা মীওয় কয়াগী মতেং পাংননবগীদমক্তা ডাকু ওয়রিবনি।

মহাক্তা লোইননা অশম্বা অরোনবা লম্বীদা লাকহুনা মমৈথংদা ইবোহলগী য়ুম য়োরে। য়ারীহৃস্তু মমা মপান' লিশাংশিংনা ইবোহল অমস্তু' জগৎসিং অনিগী মচিন্দগী তারে ১দি থংবা ওয়ে। জগৎসিংনস্তু মতম খুদিংমক্তা মুংশা খিদনবা পুকমেন পাওমেনন্নগা থংহৌদনা মপান থোকথিহৃনা মাংথিবা থংহৌত্রে।

অরোইবদা ইমুংগী মীশিংনা মরেক শেংনা অসিমথক্তি তাহৌই জগৎসিংদগী। "অরাবা খুদোং থিবা তারবা মতমদা ঐ শোইদনা লাকনি।" খোঞ্জেল অছু অভিয়াদা তিনখ্রে। নিংশিং ২ লৈহৌরে গুলাপসিং লৈঙ্কন অমশুং ইবোহল।

অসিগুম্রবা মতম অসিদ। সিফাইহি গাড়ী মপোং অমা ইবোহলগী খোজালদা থুংলরে। খুন অসিগী নহারোল সিফাইহি লৌনববগীদমক্তা লাকপনি। লাইবক্তা ফ'রবসু ইবোহলগী খোঙ্গালমক্তদা ডমবুর থল্লগা কেম্প শাত্তুনা থাওমে ইভান ভান্না থাম্দুনা লৈ্রে। মৈভালছনসু য়ুমদগীচিংনা হিজোলমুংদো পুমভান ভানখ্রে। সিফাইহি অমসু হোনবী মতুং ইল্লা রাইফল পাইবগা শক্তি তৌত্তুনা লৈরি। মতৌসদা অয়ুবখানগী নিংলিবা আশা ময়ামদো কাইখরে। অতুবু মতাদ রাখলদা কল্লিসু লৈত্তনা থল্লি ; থল্লা ২ মুমিংতুমা অচুম হোখরে।

## ৪গুবা মতা

অয়ুবখানগী য়ুমনি। য়ুম অসি সেরগী য়ুমগা চপ মান্নৈ, থেল্লবা কারিমত্তা লৈত্তে। কনাগুম্বা অমনা ইমুং চংত্তুনা য়েংলবদি থাঙ্গৈশেংবা সেরগী য়ুমনি হায়না নিংগনি। য়ুমদো মনুং চংত্তুনা য়েংখিবদা কা-কা মথং-মথং লৈখিবনা লোইবা

নাইদবগুম নিংই । অসুম চংশিল্লক্লগা লৈবাক মখাদা হক্ত্না শেম্বা গুহা অমা, মুংনা নিংথিনা মখুম হাংদোক হাংজিনগী মওংদা লৈরিবদো উগনি । মচু কুমথহুনা চংলবদি মপুংদা চাওরবা য়ুম অমম্ভু শম্দোকখ্রি । নাকন নাকন্দা ষণ, ইরোই, মীগী মকোক কয়া কয়া য়ান্দুনা লৈরিবদো য়েংবদা ফুজুংই । কনাগুম্বা মী থরনা অসুম্না হায়রি মহুদি অয়ুবথান হায়রিবা ডাকুসে, মেম্বর সেরনি । অহিংদনা অয়ুবথান, অয়ুক পুংখিলদনা মেম্বর সেরনি হায়না কনাগুম্বা থরনা চিবোন চিবোন ভাংনরি । মসি অচুম্বা ওয়বম্ভু য়াই । অঙকপনি মখোয়গী পোশিং, কনা অমত্তা থংদে মপুংগী মী থর নত্তনা ।

অলাথানগী অমত্তা ভাইজরবা মপারা রাহিমথানগী 'ম' মফম থুদিংমক্তা তাদবা য়াওনরকত্রে । মীপুম থুদিংমক্তু মহাকপু মতম কুইনা পুন্সিনবগীদমক্তা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌনর । মরমদি মহাক্তা থোজালত্তনা ফত্তববু মাংহল্লগা অফববু য়োকখৎপা অসিগীদমক্তা । মসিনি ডাকু অচোবা অমগী চেনগদবা পুকচেল । মহাক্তী মরমদা ঐনম্ভু নিংথিজনা থাররোই । থবক্তনা অত্তম উংহল্লগে । অসুম্না রাহিমথাননা নোংমা-নোংমগী ফাওগৎলকপা অসিদা অয়ুবথানসু মচাদা মচাগুম্না লুনা চারা তৌবা হোৌরক্লে । সেরগী অমত্তা পোকচবী অমিনাসু রাহিমথানদা থাজ য়োম্লনব-গীদমক্তা মচিন কাংনবা হৌরক্লে ।

কনাগুম্বা অমনম্ভু অসুম হায়নবগুম তৌই মহুদি সের অমম্ভুং অয়ুবথান য়ায়া লুনা তিম্নবা মরুপনি । কনা অমনা অমুক হায়,

মথোয় অনি অসি মচিন মনাওনি। সেরনা অহনবি, অহুবু ঙসি ফাওবদি নৈ ত্তাংদাংবা থংদে। হয়েং মতম অমদা থংমিন্নসিকো পুন্না।

রাক্ষম অসি বাংছিমথানদি পংত্রি, অলাথান অমস্তু অয়ুবথান চিংবান চিবোন ঙাংনবগী রাদনি।

চৌংশাং মবোল মরোল নাইনা শন্দোকখিবা ঙারিয়ান চৌংনি। নাকন নাকন্দা শুক্লা ময়বা জঙ্গল কয়া শন্দোকখ্রি। মহ য়েংবদা অকিবগী মশক্তি। চৌংশাংসি মথেক কয়াম্তু লৈখ্রি। য়েংবদা অংকপগা মশক্তি। চাংগী মথক্তন্ত ইন্ফাল য়োবা ফাওবগী লপ্পী লৈখ্রিবদো ইংগে-ঙোনা উরি। অহুবু চংথোক চংশিন তৌবদা খুদোংদি কয়া চাদে। হায়রিবা সরক অসিগী নাকন নাকন্দা হৌখিবা উক্তাও কয়াদো অকিবগী মশক্তি মহুদি মী অনিনা খুং শম্নহনা কোনবদা থুংলয়োইদবা ঙাক্তা ওয়খিবনা। মসিগী অয়াং থংবা নাকল মক্তদা পাক চাওরবা জঙ্গোল অমম্তু শন্দোকখ্রি। জঙ্গোলসি মাইল মরি চংশিন্নগা য়াম্না চাওথবা লোকচাও অমম্তু লৈখি।

মহু অহুকী মতিক ঙমখ্রে। শা কৈ ফাওবা মনাক্তা লেপ্না ঙমদে। মথক্তগী করিশুম্না মুংজাও অমা থাদরক্লবদি মথা য়োরকপদা উকুল ঙাক্তা ফংই। হায়রিবা অসিমম্তু লাদোক্লগা পাক চাওরবা চৌংমাই অমম্তু ফন্দোকতুনা লৈখি। মহু য়েংবদা অহুকী মতিক চাওরে অমম্তু রাংখ্রে। উপাল রাপালতনস্তু পুমকুপ কুপ্শিনখ্রে। য়েংবদগু অহাংবা মচেং অমফাওবা লৈবা

উদে। হায়রিবা চাংমাইসিগী নোংপোক পাংবরোমদা মাইল অমরোম চংলগা পীকত্তক তোবা শুকং অমা লৈরি। মহু মী কয়ানা চিংথোকপা ভয়রোইদবা নুংজাও অমনা থোংগী মওংদা মেনসিনথ্রি। হায়রিবা নুংজাও অসি হাংদোক্লগা শুক মমুংদা অসুম অসুম চংথিবদ, থর ২ লাওথোরকই।

অসুম্না মাইল অনিরোম চাংশল্লবা মতুংদা লৈত্তেম মায়বা থেল অমা উরিবদো পাক মশক উবা ভমদে মরমদি অহক্কা মত্তিক মমখিবনা। মতম অসিমক্তদ শগোল তোংথুনা ডাকু কাংবু অমথক মৈনম অমমমগা চংলকলিবা অহনা মপুংগী কিবম লোইনা উবা ফংগনি। মশং শাকভমত্রবা ডাকু কয়াসু নাকন নাকন্দা অমদি মমাইদা লৈরিবদে ইমভাল ফংলবা অহদদি ছশেং শেংনা উরে, মত্তিক চাবা খুৎলাইশিংগ কোয়না লৈরিবদে। অহদসু নত্তনা ফক্লাংদ থেংলিবা শা যগ, মীগী মকোক কয়া কয়া পরেং শানা থেংলিবদো উরক্লে।

অত্তকপনি ডাকুশিং অহু শগোলদগী কুমথরক্লনা নাকন নাকনগী নুংজাওশি অহু হাংদোরক্লে। মখোয়না পুরক্লিবা সনা, লুপা, মনি মুক্তা, মান চা, ১দি পোৎ-চৈশিংদো লিংখিনা থমজিনত্রবা মত্তুংদা হায়গী মতোংশুমা নুংজাওগী থোং অমাখদো লোনশিনখে। অহুগী মত্তুংদা হায়া লৈরবা ডাকু কাংবুদো নোংমৈদগী চিংনা খুৎত-খুৎলাই শুনা পাইরগা শাগোলথক্তা অমুক তোংথৎহুনা অমুক মপান থোকখিহুনা চংনখ্রে মহৈ মহৈ। লাকপদা ভাই-রিবা ডাকু কাংবুহুনা মমুং অমসুং মপাল চেংনা ভাকহোই।

ডাকু কা'লুপ অ'সগী লুচিংলিব' রাহিমখানগী মমিং মকম খুদি'মক্তা নোংমা-নোংমগী শক-শোম্নরকপনা ম'ণপুরগা রুংমা লান্না থংনখ্রে। মণিপুরগী শেঙাও পাইবশিংদগী হেন্দোকত্তুনা বা'-দেশকী শেঙাও পাইবশিংনা ফাওবা মীপাইখিবনা থক্কংখবে। তৌবদদি অর অনা তাবব' মীওয়'শিং'দি য়াম্না হরাও ভয়াম পোথাজবা ক'জরি। লাইর-লোমা কয়াশু রাহিমখানগী দানতনা থরগী মথৈ'দি লোকচ'বি। লাইববা কয়া'দগী ইপেশ' চুপ্পনা ফুং-ডাইজরিবা শেঙাও পাইবা মীওয়শিং'দ য়েরুব', তাম্রগী কয়া'গীদি মরুপলোই রাহিমখান, মপাবু' অলাখান অমস্তু' অয়ুবখানদগী হেন্না মমি' চৎপা অমা ওয়রক্রে পাইবক্তী লো'শং কবা, লুববা তাঙ'দা ১দি শিগদোরব মোংকমদা অরুব রাথল পথোক্কুনা শিজিন্নবা ঙম্বা মীশক অম ওয়বত্তা নত্তনা, অচুম্বগীদমক্তা শিবা কাদবা, মশাগী ওয়াজব' অপুম্বা থাদোকপা, অদোমবগীদমক্তা পীশক পীক্রবা অঙাং অমদা খুরু ছুনা হায়জব', ধর্ম্মবু কীজব থোনা কবা ডাকু অমা ওয়বম্নী। নোংম-নোংমগী মশিং অস্নম হেন-গৎলকপনা হায়দগী শরুক অহুম পুরা হেনখ্রে। মখোয় খুদিংমক মাগী রা তাগদবগী ডাইরি। অয়ুবখান অমস্তু' অলাখান ম'মংদা ওয়বা ডাকু ওয়াখ্রে। থবক খুদিংমক রাহিমখাননা শুপপাই পাইশিনখ্রবনি। মাগীদমক্তা ডাকু খুদিংমক থংমোই শেংনা লেপ্তুনা লৈখ্রবনি। মযাং, পাঙল, হিন্দু, ইমৈতৈ থাক্তুনা মাগী মথাদা থবক তৌখ্রে সমাজগী সেবা ওয়না।

রাহিমখানবু ফাননবগীদমক্তা সরকারগী মোংমৈ পাইবা সিপাহি কয়া লাকপদো ওনশিন্নহনা মাই ২ ওনশিন্নরগা কাপনৈ। শং-শং মকম থংখদে মাংথিবা, ভুং অপাইবীহু মডাই। মরম অসিদগী সরকারনস্থ মাবু ফাবা মীশক্তা লুপা লিশিং ৩০ পীগনি হায়না থবরদস্থ লাওখোকখ্রে।

অ'মনাবুস্থ রাহিমখানদা থাজখ্রে হায়বাসে ইবোহলস্থ চপ চানা শংলবনি। থংনা থংনা তৌনিংডাই গতিদি লৈতবনিনা অহুম মবৈবা চাক্লা চাক্ল', শিস্থরকপা পীরাংবু লোনমা তৈখোক-তৈথোকপা। থুদোংনা থরিবস্থ মহৌশাগুম্না উন্নবস্থ কংথিজ্রে। মহৌশা উন্নরিইডদদি য়া ডাংনিংডাই ফাওবা লৈতহনা কাপি তৌনরা তোকই। অহুবু ডসিদি হায়নিংবা য়াডনা পরেং লেংহনা থমোইদা পীক থনখ্রে। ডাজাস্থ ডাইহনা লৈরি অমিনাবু অমুক্কৎ উন্নগে হায়রহনা অহুবু কংথিজ্রে ইবোহলনা।

রা'হিমখানস্থ অ'মনাবু লুহোংবদা হয়াওনা য়াখ্রে। সের মেন্থরনস্থ রাহিমখানবু পূর্ণিমা থাজমক্তি থজহনা হয়াও মোমোন তৌহনা লৈজরি পুন্সিগী অহাংবা পুংজাদা। মশক থিজ্রবা রাহিমখানসে, ফজশ্রবা ভগং ভগং তেকপা পাথং অমগুম্না উরি মহাক্লা পামজবদগী।

ইথং থংহোদনা বি: এ. গী পরিক্ষা হাইদোরক্লে। ইবোহল অমস্থং অমিনাস্থ পাস তৌহনা থবর য়েংলিভৈ থুদক অহদা থরগী মথৌদ হয়াওজথি। হয়াওবনা চাং হেনবিহনা মশা থগুনা অভিয়াদা পাইজরিবা উচেকশিংগা পাংথক ওন্নজে।

অয়ুম তোক্না শাবী শানৌ অনিসে ময়াই মথোই কানথিবনা ঙাইহাক্তি অয়াবা মচেং অমা ফাওবা থমোইদা পাইশিল্লকপ ঙমখিদে।

মমা মপা ওয়ুরিবসিংশু মচা পোকপগী মহৈ চারে থঙহন্‌ হয়াওরি নোক খেনা অহাংবা মতমদসু ঙাগোই শাগৎলকলি, মী উত্রিষ্ডেদা হয়াও-ত্তয়ায়া।

গুলাপসিং অমসুং লৈমহলশু মচাগী পরিক্ষা মঙ্গল ওয়ুরকপসিদা অয়াবা পুন্না কাওপোক্লুনা নোক্লু নিংশিং-নংশংনা মতম কয়ামুক।

নোংমগী পেংলবা অহিং তাংলোদনা অয়ুবথানগী পাটিন খুংদাই মতিক চানা পাইরগা গুলাপসিং, লৈমহন অমসুং মচা মপা ইবোহলন তুমলিবা ক শত্তদা হোগাইত্তুনা লুং চংলকই। মমা মপাশু ডাকুশিংগী চৈনাখোলনা ঈ ওরে, হায়নিংঙাই লৈতনা চোকথরে। মীংলুদগী শিঙ্গবকপ পীনাংত্তশু অহানবদদি ইবং লংনা উরম্মী। অত্তবু হৌজিক্তু মাই-মংশিনা পুমকুপ কুপসিন খিবনা মফম মরাং থংথক্রে। ইবে হলসু মপাং-মচুৎ পুন্দুনা, ময়া ফিবুন নমগা তুরেলদা থাদনদবগা মপান্দা পুথোরকলে। মপা মমাত্তসু ঙঙলদা পুত্তনা চংখিনবগীদমক্তা, লু চংবত্তনা য়াথং পাবদা ঙাইরিত্তেদ, ডাকু কাংবু অমসু অশোংবা মোংশোং মরক্তগী চোংশোরক্তুনা, শিনা তান — তান্দুনা ফুগা হোরকপদা লৈরমলিবা ডাকুদো চেয়থ্রে মাগী ২ থোকপা, পরাই হিংননবা। অকোনবা লাক্লিবা কা বুহ ইবোহলগা ময়াদগী ফিবুনলচিংবা

লোথোক্ত্না নিংথিন সেবা তৌবা কোংনরি। গুলাপসিং অমসুং লৈমহলবুসু অসি মতাই। থাঙ্গৈশেংনা ইবোহলনা খংলে মহুদি লুচংবা মকোইচোম্বা নিপাদো জগৎসিং ডাকুনি হায়বা। মসিদা মখোয় অনি য়াম্না হরাও তয়াম্বগা কোইননা চংনা কোনাসমৈ জগৎসিংহনা ইবোহলবু মফম অহুদগী হায়বদি খুঙ্গংসিদগী থাদোক্ত্না চৎথিনবা হায়রে। "মরমদি ইম্ফালদা মনিপুর রাষ্টফলস ওফিসারগীদমক্তা মী য়াম্না লৌরি, ইন্টরভিয়ুনা তাং ৩ হৎচিংতগী হৌগদবনি। মহুদসু সোইদনা পাস তৌগনি। ঐন মরম পুম্নমক ফননবা শিল্লুবনি" ডাকু জগৎসিংনা হায়খিবা য়াহৈ তাকুনি।

অমুম্না ডাকু জগৎসিংনা য়াম্না চেৎনা পুকমেন পাওমেন-নরম্নগা খংহৌদনা গুলাপশিং অমসু লৈমহলবু পুহনা চৎরে। ইবোহলসু থুনা য়াংনা ইম্ফাল তারা অশম্বা লম্বী থিহনা চৎরে। জগৎসিংনা গুলাপসিং অমসু লৈমহনবু মমা মপাগুম্না সেবা তৌনা তৌনা মফম অমদা পুহন মংথিবা খংহৌত্রে।

+ + + +

লেপ্তুবা মতমগী ঈচেলনি, ঙাইহাক্তা শাংথ-লেংথনা লৈয়ু হায়ব য়াদবনি। পুংজ খুদিং, মীকুপ খুদিং হৌখি ঘড়ীনসু তেক-২ হায় ফওবা য়েংলমদনা। অমুম পোত্থনা চহি অনিরোম হৌজিনখ্রে। ইবোহলগী পাওসু অমিনানা তাবা ফংখিত্রে। অবা মৈচংকসু নোংম নোংমগী অডাওবাশিংদা চল্লক্লে। মচি মফম খুদিংগী কমহুনা ১দি লেপ্তুনা লৈরি। মহৌশা ইবোহলনা

হায়খি ভাংখিবা পুম্বা নিংশিংলক্নি মথং মথং ওয়না। অমুকন্সু নোকখোরক্নি। মীওম্ব উরক্নি শংশংবা ইবোহলগী মুখিত্ত রারী শম্না-২ অহুম মাগী রাখলদ' ইবোহলগা। অহুবুনে অমুক ভ্জান লাক্কনা মনাক্তা য়েংলুবদদি ইবোহলদি লৈরমম্রে। অরাবা রাখল কয়ানা কোক উক্ক-ক্ক ভাওহললি। ভাওনা ২ মীংলুদগী পীরাং মতুম ২ শিল্পরকপগা লোইননা ইবোহল হায়না শোক্লরগা হিকনা ২ কপই থমোইদা।

চাওরবা চীংমাইদা লাশৈ থর থাবা হৌরুবদগী, মালংবা ভুংশিংবা মৈরীবু হুমহুনা থুনা য়াংন প্রেক ২ তুমশিল্লকপগুম, অমিনাগী থমোইস্সু চাকথেরকই কাইনা মৈচাক্লা। ওলাংথাগী মত্তমদা লম্বী চংপা কনানা পম্বুংক্ষমদি থংখিদবনা মুংশাগী মৈশাদা হুমাং তপ ২ তাখিবনা, মুংশা-শ্বর ফুনখিবগুম মীকুপ থুদিংগী অরাবা হেনগংলকলি। অসুম্না রানা ২ অমিনাদে অহিং লাইরেম্বীগা মরুপ শাম্নহুনা মুত্তাইনা ফমুংথক্ত' য়াতাক্লে।

অমিনাগী মগুনি। ইবোহলগা মহাক্ন লোইননা লুহোংলগা য়ুম অমত্তদা লৈমিম্বরে। মত্তমত্তদা ইবোহলস্তু নিংথৌ ওয়রে হায়হুনা মীপুম থুদিংমক্তা য়াম্না ইকাই খুম্নরম্মা। অমিনাগী থমোইস্সু হায়নিংভাই লৈত্তনা অরাংবা থাক্ত' মুত্তাইজরম্মী। অত্তবু থংহৌদনা মীকপ থোরকলে। তাইবং ওয়রমম্রে, মত্ত ওয়রমলে, থরগী মথৈদি মুত্তাইজে, মহাক্কী থমোইদো।

ভসিদি অমিনাদো মাইথোং থর লংনা উই। জিনদাস্নু থর মুত্তাইবগুম নিংই। তুলশি চার অমা কোইখি থিরুহনা পুররুগা

নিংথিনা কলম শেমদুনা থাজিল্লে। য়াই নিংথিনা তৈত্তুনা ধুপ মেক্লুক থারগা অরাবা থব কাওথোকচবগুম নিংই। অউবা পাওল মখেনা চাওরে হায়না মা ২ লাওনরি। কনাগুম্বা অথংবা থরনদি মাগীদমক্তা পীরাং শিম্বুদুনা অয়াবা শরুক য়াবীরি। য়ান-য়ান মরক-মরক্তা অমুক ২ নোকপসিস্ন তাইবংগী হৌনশানিকো।

অম্মা হরাও তয়াম্বগা মত্তেক থর থুমহংখিদুনা মবক মরক্তুম্ন ঈশৈ অমুক-মুক ডংলি। মতমদো চাক তোক্লরকপা ভুংথিল ওয়রক্লে। কালেনথা ওয়পিবা মবম্না মীপুম খুদিংমক অইংবা মফমদা নক্লগ, ঈশিংদা কুমদুনা ঈরুনংবা মতাংনি। য়াবুন অমা খ্বাংদা য়েপ, মথুং যেংনা ফি থব তাশিন্দুনা পাই, হয়াই চপল অহুমা ফৎ-২ তোং, মচুম ওন-ওন তাকদুনা, ঈরুমরুবদগী য়ুমলোমদা লাক্লম্মী। মখ্বাং চেংতরা, নিংথু তারকপদুদি, অচোৎপা ফনেক্লা তপ নপশিনবদা, উহৌবা পাখং সিংদ চাক্লা-২ থাংহৌই। মঙকশম তারকপদু শাংতক্লা ১দি লিক্লগুম্না হৈরং লংলদনা ঈশং য়োৎপদা উগদবা মাল্লি হায়বদুনি। লেংজুম অনিদুস্নু মঙকশম ময়ারোমদগী, পাখোম অনিদ লোইরোহ ওমথল্লিবা থোইদোক্লা ফজ্জনবগী মশক্লি। য়েংথি ২ খুদংদ য়িংফম অনিগুনা হোংনিংলেই। পাখোম অনি তারকপদুস্ন লমু লেমপ্রাবু ওমজ্জবীনি। থম্বৌ হেরাদগী হেঙ্গংবনি, তাবোপ তবোপই। ওম্বোক্লা ফজ্জখ্রেদা। অম্মা পরপ-২ লাকপনা অমিনাদো থুম ডারি য়োশিনলক্লনো য়াবুনদো থম্নগা না ] মচুগী ফনেক অমা হোংদোক্লে। শিরি মপক অদুদা কাথংলগা

থাচোৎপা কনেক্ত মথোং অনি মপাদা নোঙ্ছুমা তম্ভি। ফজরো, 'নং'থজত্রে, শামু ময়াবু ভমজবা খুথোমলো, লম্না-২ ভুহাও থব-থর হৌশিবদে' চাবদ' হাওগদবা মাম্লি।

মতম অসিমক্তদ ভুপী অমা সাইকল পরপ-পরপ ইনাশিন্দুনা চংলকই। থাম্ন অহুম য়েংবদা অমিনানা মশক চপ চানা লাকশিনবা অহুম ওম্মী। মহাক্সু য়াম্না লুনা তিম্নবা, অরুনা হায়ন কাবা খোবাল কেথেল মথাদাগী'ন। হন্দকতা পুম্না অমনাগা বি: এ. পাস তৌমম্নবনি। হেক উবমক্তদা খুংলৈ থুনা কৌরকই।

"অরুনা চংলকউ, চ লকউ লাও।"

শৃংকোই কোইদবগী য়াঙ্গংনে। অরুনাসু চংশিল্লরুগা সাইকল স্তেন্দ ডাশিন্দুন' থম্নগা, অমিনানা থাৱিবা ডারী মপানগী ফক অহুদা মথোং য়াম্নগা ফম্মী। অমিনাসু খুংলৈ থুনা তেলরিজী এসপোর্টি সার্ট অমা লিংলহুনা মশম অহু কংননবা ফি অমনা তৈথো রু। ?ওথোক-তৈথারা মথা শমথরকই।

"করি থবকীনো"

"লবকপু পাংহুং হংবা য়াত্রানে, হায়রোই"।

"হায়ম্রবসু করেনে, অহুদি করি চানি",

"চাগে লাকপসু নত্তনা, নংবু উম্ননিংহুনা লাক্লগা"।

কাগি ওম্নৰা হায়থিবা অরুনাগী রাহৈনি। মসিদা অথোয় অমি অমুক হৌনা নোকমিম্নৈ। নোম্না-মোম্না অমিদা ইমুং চং-খিহুনা, থাও মনম মুশিবা তৈহুনা শমজেং নাম্না হাৎলবা মত্তুদা,

ভাংলৈনবা কি মতেক অমা ইল্লহনা নোবাপ অমদি প্লেংনচিংবা পুশোরক্লুনা অল্লনাগা মনাক্তা থম্লগা · · ···।

"এখোয়দা লাকপদি চানিংঙাই করিস্থ লৈতে। হৈ অসি মেস্তুনা চামিন্নসি হায়বব্ হঙ্গোইগত্রা ?"

"খিং তৌসিল্লকম্বসে, ইকাইজরেদকো সভা, সে থুম মোরোক্ত ম পুশোরকউ, এ মেংকে, ন' হৈসি মকু লোখোরকউ।"

অম্লম তৌহনা অমিনা অমম্থ' অরুনা নোক্ত·নোক' হৈ চামিন্নরি। ভসিদি করিনে' অমিনাগী মশাদা অব্রাব মচেৎ অমত্তা পাইশিল্লকপা ভমদে।

অব্রাবনা ইকাইরহনা অরুনাগী মমাংদা লোংব্রা ? হৈ চাবা লোইরবা মতু'দা অমিনা ইমু' চংব্রগা চন্দোন উপ পুখোরক্লুনা, মথা থংবা ফক্লা' ময়াদা লৈরিবা ভেবল মথক্লুদা থম্মী। শকয়েং মীংশেল অপাকপা অমম্থ ভেবলহগা কোয়না লৈ। নোকখি-নোকখি তৌনা মীংশেলহদা য়েংলগা অমিনানা অরুনাদা হায়রকই।

"অরুনা নংদি চন্দোলগম্ব নিংখিজনা খিল্লকই, ঐস্থ খিনগেকো"।

"হোয়নে-হোয়নে মৈতৈদ ··· ··

ওনগদোরবনিনা"।

অমিনা হায়ফেং চিং লাওই, নিংদোল পীং-পীং চোংই, নোকশিল্লহনা।

"ঐদিনে অরুনা মৈতৈগী চন্দোন খিনবসে ফজবোইদা নিংইবে"।

"অঙনবু হায়রিবসিনিনে"

অমুম তোনা শকয়েং ম'ংশেল য়েংলগা চন্দোন খিনবা হোরক্লে। মমান' পোকপদগী শিজন্নরকপদি নত্তবনিনা অমুক মুখংলি, অমুক নম্মী, মতম কয়ামুক হোখিরম্মী। হুমাং অনপ্পাম্ম নাভোন নাকচিদা মরিক মরিক শোগংলকই। অহু ফাওবদা হোংনরি অহুবু শোইবনা হেল্লক্লে। মতাংসিদা অমিনানা অমুক হায়রকই।

"অরুনা নং অমুক্তা চংশিল্লকউ"।

অরুনাম্ম নোকখি-নোকখি তোহুনা চংশিল্লক্লগা, চন্দোন খর খুবাক্তা তৈরহুনা শিড়ি হকপা হোংনরি। ছাপ্পাম্ম খোরী চরমদা অমত্তং দক লাওনা নম্নগা নোকমিম্ম মখাগীসি হায়রহুনা।

"য়াম্না ফজ্জরে, মৈতৈ খা.ঙশেংবা ওংবে" ·

"অওয়বরনে"

"ঐনবু ফাগী তৌগত্রনে,"

"অহুদি নিতিগী চন্দোন খিল্লগেকে। ."

"হোয়নে, অহু ওয়বব'দ ইবোহলনম্ম য়াম্না হবাওরগনি"।

মখোয় অনি হোনা খিগ'তুনা অমুক ফাক-ফাক নোকমিম্ন। অহুদগী শমজেংহু নিংখিনা হাংলগা অরুনাবু খিজোক্লবা তপ্পা তপ্পা তারী কুমখরক্তনা পুম্না খোঙ্গাললোমদা খোকখি।

ভসিদি অমিনা হায়রিংঙাই লৈতনা কজখ্রে। কজবগী মথক্তা অমুক্তা তঙ্কা থিনখ্রে। ওয়খংবা নাত্তোন নাকচিদগী খিত্তং মথকলোমদা কাথংলগা, মীংপাঙ্কগীদি খর মখা ওয়রম্মা শমজ্র অমা চাওতক্না থুংলিবা, অহুমক্না চপ্নোমগা পাবত্নদি লাইদা লাই মচা ওয়রবোই থিংখ্রে। নোকপদা কুপ্নে পায়েংওবা খ্নাদো, লাত্তোন খিত্তং 'উবত্নদি ওস্থোক্না চাকখ্রে। লম্বী চংনা-২ সড়ক মৌশিল্লক্লে। মভাংলিদা অক্ননানা হায়রকই।

"মোংজতনু কোইথোবকউ। লাইরিক তঙ্গনু নত্রি। হৌজিক্তগী এম: এ: গী লাইরিকপু কন্না পাঞত্রা করিনো"?

"হোয়নে কোইথোরকে, অত্তবু হৌজিক করি সেনেমা ভৌমিবগে"?

"য়াম্না নুঙাই হায়রনৈ, মমিংত্তবু অ: গিট"।

অন্না মখোয় অমিসে মতুং অমত্নুং মপানগী য়ায়ীদগী চিংনা কাগি কত্তবা য়াওনা শানরবা মতুংদা থাইনরে। অক্ননান্না সাইকল তোংথত্তুনা নংহোয়রম্নোই মভাঙম খৌত্নমা খোবাল মাইকৈ পাংখ্রে অমিনাম্না মুমিং তাশিনখিগদৌরে হায়না পরপ-২ মমুম মাইকৈ পাংলকপদা, ইবোহলখোয়গী খোজালদা চেপথত্নুনা অমুক্তং ল্লেট। কনা অমত্তগী খোজেল তাদে। মিংবা কাইথা য়াথলনা মাংওয়নহনা তম্না-২ মুমদা মোয়ক্ত না হিনুং চংজির্নথ। তাইহাক লৈরগা বাগজিন অমদা ঈশিং থম্না লাপ্তুনা মুলশিবোং য়াহি তৈতগলবগী খোয়ক্কই। মতামহুদা ইবোহলবু শর্মিং অদুক মিংশিংলক্ত না মতেক-২ ঈংথে অমমুক

শকই। শক্লা-২ য়াই নাম্না তৈবা ক্লোইদ্রে। মতম অসিমক্তদা রহিমখান ডাক্তর চংলক্লুনা মুম্না য়েংই। য়া মচেং অমক্তা ভাংগনৌবশী মম্না কাথোকন্তে। অহুম য়েংল্লুনা তৈরি। মবুক-নিংদম্ব লোম্না-১ থাগংলি। তাম্বাম্নদা অলাখান অমক্তা অয়ুবখান চংলকপগী শউম ফংবদা রহিমখাননা অমিনাম্না ওনশিনহ্নুনা য়া মথা শমথরকই।

"নত্তে অমিনা, নহাক ঐনা হায়রিবসে কাগি ওয়না থনগন্নু"।

"অহুক পুকংলা চাওরবা ইবুংঙো, ঐনসু হম্না-২ হায়জগে। পোকমিরবা নচল অমনি থনাবিয়ু"।

"হায়বদা লম হেরুৰ্দ অসুমদ থংউ। রহিমখানদি চুথাক চাবা মীওয় নত্তে। এগী চুথাকত্ত মীনা চাবা য়াই। নংস্ব ইংবোহলগী চুথাকনি হায়বা ঐ মুখ্ম থংই। অহুবু নঙ্কোন্দা পুম্নমকতা হুন্দোক্লনা চংজর। য়াদ্রবদি, লংঙানা অসবা, শা-যণ চিংবগুম চেনবগুম, নাস্কোকপ ওইখোক্তবনি ইথুংতগী"।

"ইকাইবা থংদেদা মাইংবা, নংনা থর থপ তৌরগা কিবিগদবা মীওয় মানব্রা"?

য়াইরে অসি তাবদা রহিমখান খাহ লাওবা ফাওব্রা করিনো, চংশিল্লক্লনা তুলশিহু ফুকতংলগা লংথোকখ্রে। অমিনাসু "মহুদাদ ডাকপীয়ু" হায়না চংশিনবা হৌরকপদা ডাইরি-তৈদা লাক্লনা ইনথিবদা তুথে, পৈমাইথক্তা মতমসিমক্তদা অলাখান অমসুং অয়ুবখান পরপ-১ চংশিল্লকই। মহু উবদা অমুকসু রহিমখাননা অমিনাবু থোংপাল্লা কাওবে। মতম চারডে

অ'সিদা জগোলদরা করিনো মকম অমদা পুখিনবা অয়ুবথান মশামরম্ভ হায়বা'ক্ক। ভসিদি য়াম্না খিনা চোকথহনা য়া ভাংবা ফাওবা য়া'গ'ন; মতুদা পা'খোবকে হায়না রহিমথানগী মত পীরকই, অহুগা খ'হৌদনা চংখে মফমহুদগী য়াম্না শাওবগী মওংদা।

অমিনাবু ইমু'দা পুসিন্দুনা নি'খিনা সেবা তৌবা হোৎনরি।

ডাকু জগৎসিংগী মখুত্তগী ইবোহলগী মমা মপা, লৈমহল অমম্ভং গুলাপ'সিংবু মুন্দুনা পুবকলে হায়বগা কৈগুমগুংদা থমলম্মা। পাও অ'সি ক'বদ' বহিমথানবু য়াম্না খাগৎলম্মী অমম্ভং হায়নিংডাই লৈতনা হবাওবম্মী, অয়ুবথান অমদি অলা-খানদে' মীহাৎ থনা গুলাপ'স' অমদি লৈমহলবু হাংকে হায়না র'হমমালনা হায়জবদ, অয়ুবথাননা য়া'বগ্রে। কনা অমত্তনা মসিগী মরমদ' খুং থিংজিনবা য়াবোই হায়নম্ভ পাও-জেনগ্রে রহিমথান নত্তনা। পূম্নমক শিরগ্রে গুলাপ'সং অমম্ভং লৈমহলগী বীচার রহিমথানদা।

গুলাপ'সং অমম্ভং লমহলবু রহিমথান ডাকুগী মখুত্তা শিন্নহুনা য়োহিলং পুনহনে কৈগুমগুংদা থমলি। অরাবা মচেৎ অমত্তা পীদে, অহাওবদা পীজহনা থমলি, করিগীনো খ'দে। অকবা, অহাওবা পীজবব' মতু'দা হাংকে থোরাংলিত্রা করিনো?

ভসিদি পাওলশিংগী ইটন হায়হুনা নহা অহলদগীচিংনা লৈশাবী পাথং ফাওবা য়াওনা হরাও মথোই কারি।

নৈশাবী পাখং কয়াম্ন মনাক্তা নৈরিবা চৌং কয়াদা হয়াও মখোই কাহুনা, য়েংবা লাক্লরি মরিমরি দৃশ্যা। কনানা ভুংশি য়ারী শারি, মতমদো ভুংথলগী পুং ১ দমক তাখিবদা মঙাইরি। তাঙাসদা ডাকু কাংবু অমা লাক্লুনা চৌংতুগী লোকথা ওয়রপা লোক্তুনা লৈনখ্রে। মহু ঙারিয়ান চৌংশানি। মখোয়তুগী লুচিং-বদি অয়ুবখান অমম্বং অশাখাননি। অয়ুবখানদি মতম খুদিংমক্তা অমিনাবু মশক উহনদে। লোম্না থুপ্না লৈতনা ডাকুশিংতদা সজেং-সন তাকলি।

মতম অহুমক্তুদা অমিনাবু মমাম্নবী থরগা তপ্না-তপ্না চৌং-লোমদা লাকই। খুদকতুমক্তুদা লুমতনা লৈবমলিব ডাকুশিংতুনা ফারগা শগোলথক্তা হাপ্তুনা ভুংশিংকী মমাং পান খোঁথরম্মী। মমাম্নবীশ অহু কপ্তুন লৈংগোব নত্তন উপাই লৈখদে। অমিনাবু কাহুনা পুখিবগী মরমদি চসি লৌমখানগা লুহোংবা মুমিংন। অঙোলন্নুংদা খোরাং পুন্নমক লোইহনা অমিনাতবু ঙাইহনা লৈববনি।

অমিনাবু পুবকপবা ডাকুতনা খ্বাইগী মাংদা শগোলথক্তা চংলম্মা। অতৈশিংহুম্ন লৌখননা চংপা য়াও, তু ওয়রপা খোবা য়াও, মখোং মরম খংদে গ্রুক-গ্রুক। চাংম্নাহুদা অম্নন শগোল পোন-২ অমিনাবু পুহন লাকপনা, চাওরবা উজাও অমগী মথাদা শমহন লাকপদ. মথক্তগী ডাকু জগৎসিং চোং-থরক্তুনা মুপাহুগী মথক্তা ঙাই। মুপাহবু ইস্বরম্নগ অমিনাবু শগোলহুদা অহুম পুহন খোগংখ্রে খ্বাইগী মাংদা। তুংদম্ন

অরূপা লৈত্তনা তারবকলি। জগৎসিংমু থোইদোক হেন্দোক্না শগোল পোৱদ, হৈ শিংখিবনা য়োংলি মখোং অনিরোম হেনগংঙ্গে, থাঙ্গপনা ময়ামদগী। থিরদনা লোকচপ অমদা ভাইহাক্কং লৈশিন্দুনা লৈরিবৈদা, অযুবথানগী পাটিদা জগৎসিংবু উবা ফংখিদবদগী হেন্দোক্কুনা লম্বীরোমদা অতুম খোঙ্গুনা চৎলে।

জগৎসিংনা অমিন'দু পুন্থনা লোকচপ অথুদগী হাঁউগৎলগ চিংদোন্দা অমুক যুংনা পোগংখিত্তনা, অমুক যুংনা হাইখৎলগা, পুমলান লাম্লোক্কবা মতুংদা উমং অমদা অমুক চংসনখিন্ননা উঙ্গাও অমগী মথা য়োববা মতুংদা শগোল থামলে। স্বর থবেং থবেং হোঙবী, রাবনগ ময়ুম থিংলবী, আমিনাবু শগোল থক্কগী লোথত্তনা, পোংথাহনগা হংইহাক থম্বা মতুংদা জগৎসিংনা পুংকং য়েংগদবগী ওস্তুম্না মথা লমথরকই।

"নংবু ওনা য়েক্কবা ফজ্রবা ওকুশিংগী মথুক্তগী কাংলে। হৌজিক্কি কৌ লোইনবী ওযবদা পাববা নলা আমিনা?"

"এগী হকচাং পোলাং অসং কন্নকপগাদমক্তা ভাকু নংনমু ভাকুংশগী মথুক্তগী মুন্দুনা জঙ্গল সদা পুরকলি। নেং খাঙ্গ, নখোয়দ মীরোল ওইনবা যারোই। নাত্তক লেরবাদ নংনা পাইরবা থাং অচওগ্ৱা অমা পীযু। অঙম অঙম ককথৎনহুন হাংনস"।

"হা হা- হা- থংগনি ওপী লমহেনবী, এগী ইত্তক খংদত্তনা পঙাং ভাংবা শাংর।" অসি হায়ত্তুন আমিনাগী ওয়্থংবা খুদাং পাইত্তুনা চিংগে তৌরকপদ মবুক্তা থেংলবা থোগ্রাদে জগৎসিংদগী

ফং লাওন' শংলগা থিনগে ভোবদা খ'হৌদনা লৈথোকখি। অমিনাস্থ ধপ ভৌজুনা মথা শমগবকই।

"লাও নত্তিক লেববদি ঐবু ফারে লাও। কিরগনা' মশ্বাই অন্ত পুন্থনা মক্ষম'সদগী চেঙ্খে। হৌজিকস্থ মত্তম লৈরি ভাকপীগনি।

"হা—হ হ—নংগী থাং মচাহ্না ন'হমহ্ন চেনখিগদবা মীওয় মানব্রা? নংবু'দ ঐন শিননবা ভোবাহোহ, পাইজরিবা থাংহুস্থ নখুৎতগী খুদক্তা ভাহন্দুন হুন্দোকপীগে।"

"চ'শিল্লকউদন, নপাঙ্গল অঙ্গন শামুমুক কল্লবদি, শোক্লবা, পাঙ্গল লৈত্রবাগী জাও পোক্লবা এহাক। অহুক চাং য়েংনসিদনা।"

"হা-হ—হা—' অপুম্বা নোক্তুনা জগৎসিংগী মাইথোংদো লেথারোমদা লৈথাখ। হনজিন হনজিন পংনোক্তা নোক্লি। মহ্দা অমিনানা অমুক মথা শমথরকই।

"কীরব্রা নহাক? নারল ওঙ্কে ক্লা লেদে। আসমাদ ঐনা চাওথোক হান্নবা ভম্মী। হুৎশিনবগী মকমদদি থাং চংদে ত্তা চংদে। নংন ফনা কম্না হাৎনহ্নস্থ ঐগী থোরী আসবুদি ককপা. মপোক লাশংলক পোক্তনস্থ ভমলোই।" জগৎসিং নোকপা ম্রাবা মথে নোম্নুরগ অমিনাগী থা' মুনখ্রে। চোকথরবী অমিনাহুস্থ খর থবেৎ থবেং হোন্দুন' ইরেক-লেকথনা কমহ্না অহুম লৈরে। জগৎসিংস্থ হায়গা মত্তোঙম্না মবুক্তা থাং য়েপসিন্দুনা মচি অমদা তুমিন ফয়গা পোংথারি। মহ্নগা মতুংদা অমিমাগী নাক্তা চংশিল-ক্তুনা য়ারী লিবা হৌরকলে। য়াবাহুদগী অমিনানা ডাকুহ জগৎসিংবু হায়রবা থংবদগী হায়নিংঙাই লৈতনা হয়াওরে।

থৌঙ্গেশেংনমকস্থু জগৎসিংনা অমিনাবু কনবীগে হায়রগা মফমদু তাম্না পুরকপনি। অদুবু হৌজিক্তি মথোৎ অনি শকথংনরে, মুত্তাইরে, থমোই মকা লায়রে।

অসুম্না রাবী ডাইহাক শানরবা মতুংদা জগৎসিংনা অমিনাবু শগোলথক্তা হাপকৎতুনা থোঙ্গাল কাওবা থিনবীরম্লগা থংহৌদনা মাংখ্রে। মতমদো য়াউংবা মৈ হৌগংনবা তনজ্রানি। অরোইবদা জগৎসিংনা অমিনাদা অসিমথক হায়রম্মী।

"হোরেল পাবুং থোয়দা অসুম্না হায়রু। এবু অসুম তোনা তাকু অতনা মুনখ্রবদা, রহিমথানস্থ নাবোলদগী লাক্লগা, শকথংদবগুবু থাংনা থিন্দুনা হাংলবা মতুংদা, মমদা অমুক হল্লা থিনজিনবীরম-লিবসিনি।"

\+ + + +

চহি কুমজা কয়াগী মমাংদনি গোপালসিং অমসুং গুলাপসিংস্থ অস্রম লৈয়ু হায়বদি য়াদবনিনা। মুপী অমগা অমুক লৌহনা লৈরে। গোপাল সিংগীনা লুরাংবা অত্তগা গুলাপসিংগীনা লৈমহল হায়রিবসিনি। নোংমা ইথং-থংহৌদনা লুং পাটি লাক্লুনা গোপালসিং অমদি লুরাংবীগী, মুমিং থাগুম্না য়েংজরাবা মপারা জিতেনবু ফাহনা পুগ্গা, মমা মপা অনিবু হাংতোকপীরম্বদো মথক্তস্থ পল্লখ্রে। অরাবনি পাবু থংহৌদনা রাহনা উমথিবগুম, থোকখ্রবা থৌদোক, অমুক্তা নিংশিংবায়ু।

## চেশুবা মতাং

ওসিদি শুক্লা মন্নবা অমাবস্যাগী থাশি অহিংনি। কনাগুম্বা অমত্তগী থোঙ্গেল ত'দে, অহিংদা হৈনজবা পুকচেল কল্লবা মকুগুম্বা থর নত্তনা। থবাই লাকপী চেক্লানমু পীযু পীয়ু হায়রহনা অহিং লাইরেম্বীদা তাইবং মীওইবগী থরাই নিবা অহুতংগ' নত্তনা। নত্তমদো কনা থেংজ.কলে অমিনা'দ ভুম্বা য়া'গুন কমুংথক্ত থরো থরো ওন্দুনা থা''ল। অমুক লো'চ; অমুক উপট্ট, অমুক কম্মী, হকচাং শাক্লেগ শাম্নবা কনাগুম্বা ম'ওই অমন মশা থেকতোক থেক'শন তোহ্নন' শাম্নবা অহুগ' পা'থক ওয়ুগে। মীং ককল' অমত্তা উট'শনবা য়াত্রে করম্বা মত্তমদা ইবোহলবু অমুক্তং উম্নবা কংলকথিগদগে অ'সমত্তং থন্দুনা তাওহুনা লৈত্রে।

হে নিদ্রা কোবী ইমা ইবেম্ম, পৃথিবীদা লৈরিবা মীপুম থুদিংমকসে ন'গী তমপাক্তা য়াতাহনহনা শান্তি ক'হনলদো। অহুবু থাইনা মৈশা কংলবা শাবী শানৌগীদি তমথিরবা হু হাপ্পীরি।

ইবোহলগী য়াথলদা তাওথিবনা অমিনাদো থম্মোই তনিক তনিকলে। মশা শাগংলকলে। কমুংথক্ত' এলেকত্রিক্লা চিং-শিনগ্নবা মীওয় অমগুমগে। অতবু য়াথলদদি ইবোহলবু উন-নিংবনা তাইহাক্তা লৈতাকম থংদে অহুম লৈরি হায়গী অহুম হায়না। মনাক্তগী লালতেন্দুগ মৈরা ময়াই ওইরপ চাকপা মন্না কাহুথি ইতাপ তাল্লি।

মতম অসিমক্তদা অমিনাগী মপাম্বু মেম্বর সেরদো ফমুংদগী নাশোন পীক্লা তপ্পা কুমথবক্লগা হোগংহুনা এলেকট্রিকী লাইটতো ভেক লাওন' কাপ্পী। অহুবু ওসিদি মৈ লাকলমত্রে। লালতেন খিরকপদ মচ' মুপী অমিনাগী কাদা ইভান ভান্দুনা থানবা উরে। মপাবুং হোগংলকপদো অমিনাসু অহুম মথ'ই। অহুবু মীৎ উইশিন্দুনা তুম'শমত্রে। সেরনা অমিনাগী কাদা চ'হুনা লালতেন লৌথোক্লবগা লময়াইগী য়েংথ'বা নাকল ওয়রপ্পা থারিবা টেবলহুদা থম্মী। বাদে ইভান ভাম্লি ফক্লা' মম্না ওয়রপ্প' টেবলহুগী ওয়থ'ব' নাকললোমদা সিংমম্না হৈহুনা লৈবাক মথাদা পিক্তক্লা তৌথরগা উপু অমগী মওংদা হাংদোক হাংজিন লৈরিবদে' তপ্পা হা'দোক্লগা শো চবুন অমা লৌ-থোরকলে। শে' অহু পায়নো লৈতে' ওযনা খিল্লিবা উপু অহুগী মনিং থংবদা চংথিহুনা হাংদোক্লগা ফিজেৎ অমুবা, থদা'চেৎ তুপী অমদি অশাবা মাইখোংনচি'বা লৌথোরক্লনা টেবল মংক্তা লালতেনগ' পুল্লা থম্মীম্লরি। অশাবা মাইনচি'বদো লৌথোরক্লনা সেরগী মাইদা পানসিনত্রে। ফিজোল অমদি তুপীনচিংবা শেৎচিন-উপশিনবা লোইরহুনা থুকউ য়োবা বুট অমগা তোংশিল্লহুনা, শো চবুন অহু হাল্লগী মকমহুদা থনল্লগা নাশোন পীক্লা মীরৎ-নারৎ য়েং'হনা লালতেন্দুনা অমিনাগী কাদা অমুক থম্বীরম্লগা, থুংলাই শুনা পায়, নোংমৈ অমসু য়েংথংবা লেংজুমদা য়ান, মাগী পার্টিহুগী ডাকু অমনা মনিংদগী শগোল অমা পুংথোরকপহুগ মপা চপ চাথিবন।

তোংখং লগা হুত্থম মপানলোমদা খুংলৈ থুনা থোকখরে। ঙাইহুনা লৈরম্বা ডাকুশিং অত্তগস্ত থেংনহুনা অত্থম চংমিন্নখরে পুম্না।

অঙকপনি নহান মকৈদি থংদবগী কুয়োম্না য়োমশিন্দুনা লৈরম্বনা অন্নাবা ওইবম্মী অংবু ঙসিদি চপ চানা থংলেদো। মেম্বর সেবস্তু ঙসি অহিংদি চপ চাবা অয়ুবখান ডাকু ওনরে। থাঙ্গশেংবমকস্ত সেব মেম্বরসে অয়ুবখান ডাকুনি।

হায়রিবা দৃশ্য পুন্নমকসে অমিনা অহোবদা মুম্না য়েংহুনা লৈরম্মী। য়েনা যেংনা, রাখল মণ্ডন মণ্ডন থম্না অহিং অত্থমা অত্থম হোরে।

+ + — —

চহি থব হোরে। ইবোহলস্ত ট্রেনিং কোর্স লোইহুনা হৌজিক মণিপুর ফাষ্ট বাতালিয়নগী কেপটেন্টনা লৈরি। স্তার অহুম্নি। মশাস্তু হায়নংঙাই লৈতনা ফগংলকপা, মী কৌদবা, ইচং থৌবা দিসপ্লিন চপ চান থংবা ওইখিবনা মেজোর কাগদৌরে হায়না রা-রা নিনবু নিনবু জানবরে। অত্তু অঙকপনি মী-য়ামগী থোজেলদো অচুম্বা ওইবা ভারে। থংহৌদনা ইবোহলদো মেজোর কাহুনা অশোক অমা থেংখ্রে। শান্ন থাংনবা, শগোল থৌবা, নোংমে কপ্প, পাইরকা লৌশিং লৈবদা থোইদোক হেন্দোক্না হৈশিংন মাথোই মীহেনবা ইবোহলনি। পাকিস্তান অমস্তুং চিনাগী লান্দস্ত মশিং নাইদনা চংলুরবা বীব চক্র ফংলবা বাহাদুরনি। মীপুম খুদিংমরস্ত মহাকপু কিদবা মাওদে ডাকুদগী চিংনা। মহাকপু ঐথোয়না ফংজবদি খুংনা থা লাম্বা

ফংজবগুম্বনি। মৈমৈত্তে মচাদি চেকশিংচক্লগা মরিল লৈ হায়রছনা শোন্নরি বীজাতিশিংনা।

মেজোর ইবোহলগী কানি। পোথানবা চিয়ার ১০মুক অরাং থংবা কক্লাং ময়ারোমদা থাখ্রি পরেং শানা, মাইয়োক্লনা মপানগী মী লাক্লগা কয়নবা চিয়ার থরম্ব লৈখ্রি ময়াইমত্তদম্ব টেবলগী মওংদা শাংলবা অমম্ব ফিনা কুপত্তুনা থারিবা অছুগী মথক্তা চুরুট মখি কম্পোককম ৪/৫ মু লৈতেং ওইছনা লৈরি। ফুল গ্লাসত্তুম্ব ওসাই মথৈদি উরমদে, নিংথিনা কুপ্পা প্রুম্বা য়েংলবা মতুংদা উরক্লে তক্ল তক্লনা। মছুদম্ব নত্তনা থবর থর তারিবছুম্ব লৌশিনবা নংহৌজ্রমালে. থাজৈশেংনা উরকলে, পাবদম্ব খুদোং চাগদবোই নিংথ্রে, তাপ পাইছনা।

ফক্লাংছদা ম্নাগ্লিবা ঘড়ীছুম্ব গক-২ লাওনা চংপগী খোংজেল অছুমথকম্ব তারি, ইবোহলনা নাথোক্তুনা তুম্বগা লোইননা নাকন অমদা টেবল অমগী মথক্তা, চে কলম্না লৈতেং ওইছনা লৈরিবা এলেকত্রিক্তা মখোং পানবা ব্লব অংনম্ব মথক থংবদো মথুম্না খুমথরগা, মাইয়োক্লনা, ফম্বদা মোন-২ লাওরবা স্প্রিংগুম্না লৈরিবা চিয়ারছুম্ব তুমিল্লা লৈবগুম উরি। ফক্লাংগী মাইকৈ ম'রদা, অচৌবা অণাবা লাইব্রেরক কংা পরেং শানা লৈরিবংম্ব উগনি। মথ ইপং থংবদ তুম্নফম কা লৈ'রবছু মাইথল অমনা থন'জল্লি। মছুগী মাইথোক্ত হায়বদি অরাং ওয়রম্ন টেবল চিয়ার অমম্ব তর-ওক্লনা থা'রবদো ম্নাম্না নিংথিজৈ। ফক্লাংগী অকোইবদম্ব ছরক্তা অকাওবা নেতা কয়া কয়াগী ফোটো পরেং শানা

থেংগি, গাদ্দীগুম্বগা। মহাক মশামক্তী কোতোম্ব ইচাও চাওনা থেংলিবদো থোইদোক্না লেমই। ইবোহলম্ব য়াম্না নিংথিনা নিত্রাগী তমপাক্তা অশিবগুম য়াতারি।

মগনি! অমিনা ইবোহলগী মগুং লাংগোদমক্তা ডাকু কয়াগী চৈক্ষু থাংহন' লেরি। মুংশাদা ফোকহনা, ফুরগা শাখিবা মগুংদা, ইবোহলগী য়াথল থাদোক্নবা লাক্নরি তমখিনা। মৈ ভাংনা ইকলবা য়োংচে অমনা মমিক্তা খিনবদা তা'ওহনা ইবোহল-২ কৌদুনা ভেংথারি। অহনগী হিংনা-১ মউল থোক্লকপগী অবোংবা মীকুপ অহ ফাওবদা ইবোহল ইবোহল কৌহনা ভেংথাবি। মথংদা অচাকপ' মৈদা ভ'কুশ' অদূনা হনজিল্লকপদা ইবোহল হায়নঃ থংলাও লাওবম্নগা শ্বাই থাখি। মতমতুমক্তদা ইবোহলম্ব মীকপ থংথোক থোকক্লনা, ইপা পাথংনা, খ্বাই লাওনা, থংপ্রেক থংই। কন' অমত্তগী থে'প্লেল তাদে। মপান্দদি কোক-২ শক্লিগী থোঙুপ দুটকী মথোলহম, থক্তংদি থাক্নেশেংনা তাবা কংই।

ইবোহলম্ব হৌগংলক্লনা নিংথিনা ফম্নগা অমিনাবু মথং মথং নিংশংলকই। নিংশিং নিংশিংনা "ঐগোদমক্তা কাইনা মৈশা লাংহনঃ য়ানা লৈরম্নগনিকো" হায়না থল্লবদা থম্মোই থক-২ নিকপ্নে। মীংলুগী পিবাশ্ব অরংপ লৈতনা শিম্বক্লি। মহাক্তবু উনিংবনা থোং মরে'-১ চংলকলে। মমা মপাগী য়াথল থাদোকখিহনা, মশা কাওবা করিম্ব লৈতনা থনপ্নে। অম্ব' থম্না-২ য়াথল-দো পলেপফম থংদনা লোইশিনবা ভমখিক্রে। অমিনাদবু

উনিংবনা মীং লাওনা পা'থোরক্লগা কোয়ে' য়েংলম্বদগী অমুক ৱাখলদা লাই লোখ্রে। থন্না' থন্না মীংলুগী পীরা'নস্তু অরংপা লৈতনা শিস্থরকপনা থাংলিবা মোংন্দা পুমচোং চেংথয়ে।

অকনবা বাবনস্তু সিত্তাগী মুংশিবগী মকমদা থম্মোই থুম্মংখিদো অমসু' লৈশুমস্তু থোং'থত্তনা, নোথোকথিরনা ওইখিদো অডাওবা। অসি ওইরেকে' মুংশিগী থৌরা। থৌরী অসিবু ককথংপীনবা মী'দি মরোল অহুম অসিদা লৈত্রেকো। অথুম তৌনা ইবোহললা মুর্মংতুম' অত্তম ৱান' লাগে

অবোনব' মীংলনা অয়ুবথান 'অংগোংবা' মী'দনা মেম্বর সেরনা ৱাম্না চিংনরিবদি "অলাথান অসি মৈ'তনি।" প্রেম-শিংদগী অলাথা'ন ডাকু মী' ওংম্বা'ক্তন' মাগী মী ওইত্তনা লৈরিবনি। গোপালসিং অমস্তুং লুরা'বাবু মপুংমক্রা হাংখিব' অহুগীদমক্তু হয়ে মত্তম অমদ প্রেমা'সংনা লমন থুমলকত্রা অহুগীদমক্তুনি। হিরম মন্না'ম'সনগী অ'মনাবু বহিমথানদা লুহোং'ননবা চোংনা'বা'ন। ক'রগুথ' মসিনা মাই পাক্রবাদ চিক্লা নে-ত্তান' পুং'লা লেনবস্তু দমক্পা'ন।

ভসি'দ মেবাগী নিনি কোনব ঈংং' 'চক্লা 'নং'থজববা মুমিথং'ন। থাক্তস্তু মোমোন 'নাক্তুন' ইংনা 'চক্লা মদোম পোকচ'র লৈ'চিনগা কেকু লো-শী শাল্লত্তনা মনক মবাক্তু থাবলগী লৈরাং কয়াস্তু হবাও মথোই কা ন' মথ'লেন পাক্তবু য়েং'ম্বি।

অমিনা ইয়ু'ত্তদা ফমু'ংক্রো ফমত্তনা আল্লা মৈচাক থাংলগা ৱানা লৈলি তুমদবম'থ। অত্তম মইদরি, ইবোহনবু করথা

মতমদ' অমুক্তং উনবা ফংলকখিগদগে থম্না ২। শিন্থরকপা পীবা নম্ব মথাই মমিংতে পুনচোং চোংন্দ। মীকুপ খুদিংগীম্থু অরাব' অম্থুম ২ হেনগংলকপা মবম্না ওমু'দা লৈবা ভমলক-ত্রহুন তপ্না ১ মপান থোবকং। মকোক মরুম্থ শংবাইমুক চাওই, নাচু'বীদে শা .ক অমদি ছবান চিন্থি য়োরকনি হান্নবা।

থাজগী মভালনা যৈবদা অমিনাগী মাংলুদগী শিন্থরকপা পীরাংদো ইরং লংচ, থঙ্গাংচ তন মরি মরি চেন্থবকলবা। ফারবা শম্না'সি'তনদু মলযা গুংশং নানিবনা ছুম্বদা লাক্ক ফানবা য়াদবদ' তাংহনগা, থঙ্গাইদা চেন্থরক্লবা পিবাংত্রবু তৈথোকপদা তেংবাংল।

অমিনা থাবু য়েংলগা মত্তোমতা মওন মওন থল্লকই। "থাজ নহাকতি হংবোহলবু .শাইদনা উবমগনিদো, ঐদি পাঙ্গল শোনবীগা মপোক্তা পোকখিবন, উজবা কংদনা নারক্তা শাংপা লৈরাংগুম কেন্দুনা অত্থুম মাংপু তমগ্রবোইদো।"

অসি হায়ব হান্নবগা মাংলুদগী পীরাংম্থু অরংপা লৈখিত্রে শিন্থরকলে হেম্না হেন্নত্থুম জর-জব। গুংগান্নরক্তা ঈচেলনা থেক্না খোইনা জাই-জাই চেন্থখিবগুম।

মতম অসিমক্তদা তুগী অফনবা উপ্না, মকোই নাতোন গুমাংদা শাংতক্না থাকপা, সিফাহিগী ড্রেস শেংপা, লেংজুমদা অশোক থেংপা ইবোহল, ডারিয়ান চাংথক্কী লম্বীদা লাক্ক্না থর মরুম ওইরপ্ন, জিপতু থান্নগা, শাপ্ন ৫/৬না নিংখিনা ভাক শেঙ্গুনা থনম্নগা, অমিনাগী য়ুমদা অরোনবা লম্বী খিন্থুনা পারূপ

পরপ লাক্কনা চংলকপদা, রাপাল মরক্তগী ডাকু অমথক চোং-থোরকতুনা পীসতোণ্ট উংলি। ইবোহলস্থ পীসতোণ্ট শংপা নংহোদে, মখুং থংগংলি। ডাকুহনা তপ্পা চংশিল্লকহুনা, ইবোহলগী পীসতোণ্ট শংতুনা য়েংলগা, মথোল তৌদনা উশিং-তবগী ফিবমদা নোকলুরগা, অমুক থেংচনবী। মতাংহুদা ইবো-হলনা থংহোদনা মথোংদো মথক্তা চোংথংতুমা ডাকুহবু কাওই।

লোংনা হাইথুক্তন তাখিবগা লোগননা পীস্তোণ্টহুস্থ তাগ্রে ডাকুগী মখুত্তগী। ইবোহলনা পীস্তোণ্ট শত্তনা কাপাকে তৌবনি অহবু ঙমখিগ্রে, ইচিং চিংনরে। পীস্তোণ্ট মখুমদা হাপচিন্দুনা ভাইহাক রাথল তৌরিঙৈদা, ডাকুহনা মশাগী পিস্তোণ্টহু মখাদগী অমুক খুনগংতুনা থবাক ওয়রপ্পা শম্মী। ইবোহলহুস্থ অমুক খুং থাঙ্গংতুনা লৈ। অমিনানা ডারীদা থোং য়াম্বহনা কমলিবা মকমহুদা "চংলু" অসি হায়রহনা পুবক্তগা লেপহল্লি। বা ইঙাং ঙাংদে, "অমিনা" হায়রবা কৌরম্লগা মকম থংহোদনা মাংগ্রে। ইবোহল খাই লাওই। ডাকুহুস্থ অমিনানা মশক মুম্মা থংবা, অমুকী মুমিদাংগী খুদোং খিবদা তেংবাংবীরিবা জগংসিংনি। ইবোহলস্থ চপ-চানা থংহন, মুম্মা য়েংলম্বদগী অমিনারোমদা ওনশিন্দুনা শংত্রিক য়েংহনা লৈথরে। মাগী ফিবম অহুদা ইবোহলগী মীংলুগী পীরাং শিম্বনকলে। মথোয় অনিমক অমনা অমবু মশক থংনরক্কনা য়েংনৈ অহুবু পাক কৌনবদি ঙমদে। ইথক থকংনৈ, মঙগ: চপ মারৈ, অহবু মথোয় অনিগী প্রেমনা হেনজিনরক্কনা চংশিল্লক্লগা, চেকেং কোনসিংরে, পুলিগী তংলয়োই

দবা মওংদ'। হয়াওবনা থক খিবনা য়া ভাংব কাওবা পোক-খিত্রে। ইবোহললগী মথবাকতুদা অমিনাগী মাই থাংহনা শ্রু-শ্রু লৈহনা ওইনবগী মও'দা পাওদমজরকই। ইবোহলসু হয়াওবনা থকংখিবনা য়া ভাংবা কাওবা নিকপা হৌরক্লে। চোইথ্ব'ইনবা শয়াংশিংদো খোমগংপিহন' শিঙ্গবকপা পীরা'দে' শেন'না তৈথো-কপীরগা, মথুং নাম্মনা নঙ্গলোমদা কোরগা, ওইথ'বা খুংতুন থদা'দা পায়, মোমোন নোক্লা য়েংলক্লে। অমিনানা য়ে'থংলা, ইবোহলনা যে'থৈ। ভসাই মইথ লৈচিন মবক্ত সুবা'সগী মজো য়ে'বা ভমলুত্রবা থাজদে', লোংচরুবনি, অতুবু হৌজিক্তি ইশে' শে'ন', মোমোন নোকতুনা থোরক্লে। মপোয় অনি য়ে'ন-য়ে'নরগা উনহৌবরোই মত্তাগুম মৈকুপ খুদিংগী চেজেংকো-নশিন্নৈ। পুম্না অপুম তৌনা লৈবসিন' সুভাইবগী সু'শিং হেন্ন-হেন্নহুম হুমজিল্লকই। অপেনবা লৈনদে। পু'ল্লচুপ্পা থাদোক্লিংদবগী মওংগুম যেংনরি মোমোন মানোক্ত লৈতেংহনা। অয়াবসু মতেক মতেক, হকচাং শাগংলকই পেন্দবনা। মাইপোং হুসু হন্না-হন্ন' চুপ্প হৌরকই। অমিনাগু চেংনা কোনশিঙ্গে নংহৌরয়োই মত্তাগুম। অভকপনি অমিনাগী কানেক অহুসু থংহৌদনা কোমথত্রে, থুনা ন'ম্থ'খব থ'হৌদ্রে। পুক্লগ না'ন শাংকাইহনা মপুং ফারব লৈ'হদে থকাল পেয়া খোঙ্গনা। থরাম্মিচাকমইথদি মবক মবক্তা ইকাহ জ মত্তাগুম লেম পুথ দা মভিন শিংথরকল।

ইবোহল অমসু' অমিনাগী পুংশি থো'বদো, অমুন হেন্না লংজা কুপনা তাশিনত্রে। কনা থংদে তাইবংসিদা থক্তা খোক্লিবা

থাজ নত্তনা। খুদক্ত,দা রাখল 'লৈরবা মেম্বোর অমনি হায়বসু কাওব্রে, অনিংবা অপাম্বনা থূমহৎখিবনা। কনাগুম্বা মুনি অমনা জঙ্গলদা লৈহনা মতম কুইনা মচা মশু অমদি মমুমবু থাদোক্ল্যরবসু নোংমা ফাদোক মচা উবদা খংহৌদনা কোন-শিন্নবগুম, অরা-ভুডাই পাওদমজহনা হয়াও তম্নামজবগা পাংথক ওইখ্রে। নোং ভানগদবসু পুং অনিদা ভাইশিল্লক্লবনি। [চিংনা চিংনা য়েংনহনা তুং থর ২ হন্দোক্লবা হৌরকলে থাইনরমদাইগী অমুক চপ লেপনৈ, হন্দোক্লবা ওয়দে, হনজিল্লকপা নত্তনা। অস্নুম তৌহনা মথোর অনি থাইদোক্লব্রে নোংমহুগী ওইনা। ইংবোহলসু চৎখ্রে সিপাহি থরহুগা লোইননা, জিপত্তা ভারিয়ান চিং শমহনা।

+ + + +

ডাকু রহিমথালসু থোদোক খুদিংমক লোইনা থংলবনি। মহাকসু মৈতৈনি হান্নবসে মপাবু অলাথান অমসুং মরুপ মপিজা কয়াগী মচিন্দগী লোয়া থংলবনি। মতৌ কয়া মহাকপু রহিমথাল কৌথিবা, মমা মপা হাংখিবা রারী পুম্নমক থংলবনি অহুর্ থংদবা শারদনা অতম মরৈরি। লমন শিংনিংবগী ময়াইনদি ময়া মৈ ক্রি-ক্রি হৌহনা খুদোং চাবা ভাইহনা লৈরিমনি। মহবু অশাওবা ভুডাইতবা মচেং অমত্তা উংত্রি, হয়াও তম্নামা লৈশিন্নরি। অমিনাবুস লুহোংগে হায়না য়াশিন্নরি, থরাই য়াওবা পাম্বগা শারহনা। ডাকু অয়াম্বসু মাগীদমক্তা কৈগাক কৈবা লেপ্তনা লৈরিবনি। লমন শিংনিংবগী ময়াইনসু মতম খুদিংমক্তা

মীংল্পুগী শিবাং কাংদরি। ডাকুশিংছুসু মপানথোংদদি অয়ুব-থালগী মিচং ওইশিন্নরবসু মন্নুংদদি ৱাহিমথালগীদমক্তা থন্নাই য়োন্নগে থনথবা ভাক্তনি।

ঙসিসু গুন্না মমলবা মেরাগী থাশি অহিংনি। করিগুম্বা অঙানবা মচেং অমত্তা উবা ফংদে। পুন্নমক মপ্পী, থন্নামিচাকী পল্লেংনদি চগ্রিরুনা অতিয়া অসি পুমকুপ কুপশিনখ্রি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মথোংনা ইম্ফালদগী ভরিয়ান লগীদা কাওছনা অমিনাগী য়ুম তম্না খোংশান্নরকী ইবোহলদো। অকিবনি। মাইল ২০ মুক শাংব্রা, জঙ্গলশিংনসু কুপশিনছনা লৈখ্রবা, শাহিং চাবা জীবশিংনসু অহাংবা লৈত্রবা মকম অদুদা লাকপি ইবোহল, অমুক চেন, অমুক ভপনা চং, ভোহুনা, হুমাং তপ-তপ তাবা মথৌ অকিবা কাওদে, মবিক অমফাওবা, থম্মোইদা অমিনাবু উন্নশিংবগী ৱাথলনা, অন্নাবসু থংখিত্রে, খুম কুনখ্রবা অঁছু কাওবা মশানা লগীদা চংলি ৱাথলনা মাং থাখিছনা অমিনাগী নাক য়োঙ্খ্রে, শাহিং চাবা শা কযাগুম চোংশিন্নকই অহুবু পীস-ভোল্ট লৌখোক্না কান্নগা হাংলি, অডকপনি। অকিবা মরিক অমা কাওবা থম্মোইদা পাইশিন্নকপা ভর্মাথদে নুমিং অহুদি ইবোহল শামু চাম্বদগী হেন্না পাঙ্গল কনল্লে। শা-কৈ কয়াবু তুম্মিং কুন্না থনখ্রে। ৱাথলনা অমিনাগী নাক য়োখ্রে মশাদি লগীদা চংলি অত্তুমক। অসুম্না ইবোহলদো য়াম্ন' ৱা'না লাকপনা অমিনাগী য়ুম মনাকমক্তা অহিং নোংম্নাই চবুক অসিমক্তদা। থুংলরে। মহাক থুংখিলগী পুং ৫ দগী খোং শাল্লকপদি।

থিম্বা তৌদনা অমিনাগী কাহ্দা নাকোং ওনশিনহনা তাবর্দায় মহাকতি য়াম্না নংথিজনা নিত্রাগী তম্পাক্তা যাতাপি। মতম কুইনা তুমজবা ফংলকত্রবি ওইথিবনা, তসিদি নিত্রা লাইরেম্বীনা নিংথিনা শুম্বীরমালে।

মতমহদা ইবোহলনা থিবং হুরোক্তনা য়েংখিবদদি লাপতেন অহু-মম্ব মুস-মুসি পিকনা লৈথবদো উবি। থিত্ত লাওনা হুরোক্লগা চ ফমনা মশাহুদা চক-চক থিম্না কোরকই, অমিন হায়হন্—তপ্পপ্প খোঞ্জেলদো অমিনাম্ব অতম থংত, ইবোহলনি হায়বা। লালতেনহত্ত লৈংংলি, কাহু পু-তাল তানি। তপ্পা হোগংহুনা "থোক্লগে" "হায়না নাশোল পিক্না ফক্লাংলোমদ ওনশিন্দুনা হায়-থিরম্মী। মপাবু লৈত্র য়েংলুবদম্ব চংত্র, অয়ুবগন ওনহুনা, অহিং-হুদা থোংম্ব হাংদোক্লম্মী। হায়বদি পোরোল থাবমদে। তপ্পা—২ মপান থোরকই। মখোয় অনি হায়গীগুম্না হেক উবমক্তদা কোনশিননৈ। পম্মোয়গী অরা মংতাই কোংদোকনে। হম্না-হম্না চুপনৈ। অতুগা অমিনাবু কোন্দুনা মরুম অমদ পুম্বগা মুংশিবগী অয়োবা থাক্কী থবক পাংথোকমিন্নৈ। মখোয় অনি মশা পুম্বা হুমাংনা পুমলুপ লুপ্পগম নিংই। অমুক কোনশিনহনা ফংলরোই মতাঙম হম্ন হম্ন চুপনৈ। মশা পুম্বা শ্রু—২ নৈনৈ। অহদগী মখোয় অনি লেংগোম্নহনা তাবিম্নান চিংলোমদা তপ্পা—২ য়ারী শার-শারহনা লাক্লম্মী। অমুকশু নোকমিননৈ অরা-মংতাই য়ারী কয়া শারহন। য়ারী শানা-শান চিংলোমদা য়োশিন্নকলে। অহুবু শাবা শানো অনিশিগী মুংশিনবা অসি পেনবা নাইনথিত্রে।

সংসাবব্ করিস্থ লৈভবগুম্না থনব্রে। হোদোংনা মচা জুংশিমন-বদগী চাখোকই হায়বদো চুম্বা ভারে। মশিং পাহদনা, জুমিংতো ইবোহলনা অমিনাগী মথোং কাথংলকপগী লৈতিদো চুপচরে। অমিনাস্থ অসিনি হায়নিংভাই লৈভবমথৈ হরাও ভয়ামজবে। শিক্করবা মীবু কনাগুম্বা বাঁশি খোংবা মুপ। অমগী ছৈশক ভাবদা হিংগৎলকপদা মমা মপ। ওইবশিংনা জুংস্রাইজবগুমখ্রে। মতম অসিমক্তদা নাকললোমদগী ডাকু অমা খোরক্তনা তপ্লপ্পা লাওরকই "ডাইথো।" মথোয অনিনা খোপ্তেনদো জগৎশিংনা হায়বা চপ চান থংই, লেপতুনা জগৎসিংদা য়েংই। মাইকৈ থুদিংমক্তা ডাকু পাটিনা ইকোয় কোইশিন্দুনা লৈব্রে ইবোহল নহাক থরাই হিংনবা ওসিগীদমক্তা লিংথোকব্রা। ভসিদগী ১০ 'ন হেক-শুবা গুমিংতা থুংশু থুংলাই অমদ মভিক চাবা সিপাহি পুরকতুনা লমন শিংম্নবগীদমক্তা লাক্কদবনি। ওসিগীদমক্তদি নশা লিংথোক্কবা চংব্রো। অমিনাবু ঐগী থুংতা শিন্নরম্মু। চিংনগন্থু ইবোহল।" হাইহ অসি হায়বব মতুংদা জগৎশিংনা অমিনাবু পুন্থনা উরকলোমদা চংশিনব্রে। ইবোহলস্থ মফমদুদগী থুনা য়াংনা মাং-খিবা থংহৌব্রে। মতমমস্থ নোং ভাল্লকলে। উচেক য়ায় অমদি কাক্সা চিংবনা মাইকৈ থুদিং ইনিন নিনব্রে। অমিনা মাংব্রে হায়হুনা অয়ুবথানগী কাংবুনা মায়ৈক থু'দং খিবা হোরকলে

জগৎসিংনা অশুকপা লোকচপ অমদ' অমিনাবু পোথাহন্দুনা থর-পিজ্জ পিথকলি। প'হৌদন' অচোম্ব' মকোই অমদি মমাই অশাবদো লোথোকই। ফিজ্জেং অদুম্ন হোংদোকই। ইবোহলগা

চপ মাইরে। অমিনা খাই লাওই, য়া ভাংদে য়েংজনা অহুম মরৈ। খুককতুম খংহৌদনা পোং চৈশিংদো লোটশিন্দুনা অনৌবা অশাবা মাই অমদি কিজেংনচিংবদো হেক শেৎচিনবদা ডাকু রহিমখান ওনখে। শাওজিন্নদূনা অমিনাবু খুদাং পাইরগা অহুম চংখরে, ডাকুশিংগী মনাক্তা। অমিনা ভাব লোইনা ডায়ে।

ডাকুশিংগী মনাক য়োরক্লগা অয়ুবখানদা অমিনাবু শিন্নরে। অয়ুবখান মচাগী মশক-অমুক হন্না উজবা কংক্রেবদা হায়নিংঙাই দৈত্তনা হয়াওখ্রে। রহিমখান অমস্তুং অমিনা য়ানরে ওায়বসিন্ন অয়ুবখান্না চপ চানা শংলে লুহোংনবগীদমক্তা ওসিদগী মাপলনি ওখা ক্লমিংতা লেপলে, হয়াওরে ক্লংভাইরে অয়ুবখানগী নিংবা থুংলে, পুন্সি লৈতানা হিংবা য়ারগনি বাথল অসিনা লমজিংলছনা ক্লংভাইরে অয়ুবখান।

# অরোইবা মতাং

## ৬শুবা

ওসিনি অমিনা অমস্তুং রহিমখানগী লুহোংবা ক্ষুমিং। অরাবনি রহিমখান থিবা ক'দরে। কদাইদা চংশ্রবনো মখোং-থঙ্খিজে। জঙ্গলগী মাইকৈ মারত্তন্ন নোংমৈ কাপ্পবগী মখোলনা পুমনি নিনথি। ওথাক্লা মরিংজেল থাবা, শিবা কাঁদবা, শারৈ-শারা হৈবা ডাকু কাংবুনি। মখোয়কু ফানববগীদমক্তনি

নোংমৈ খোঞ্জেল ভারিবদো। অতুমক্তদা কাম্বরি ওর্নশিন্নহনা সিপাহিশিংগী, হন্দে করিমত্ত' কাওবা খোনা। হায়থু—হায়থুহনা মাইকৈ অনিমক্তী মী কয়া শিনরি। থুংলাই হায়বদি, নোংমৈ মরু লোইখোকথিবা কাংবুনা নাকল্লগী শজিল শত্তুনা থিন্নরি। মৈথুত্তনসু জঙ্গল অত্ত পুম্মমমক্তী। অকিবগী মশকনি, ভাইহত্তা অচিকপা লৈতে। কাপ্প—কাপ্পনা মাইকৈ অনিমক্তী মী মথং—মথং তুমশিন্নকই। ডাকু কাংবুংসু মখল করাগী থুংলাই ত্তনা পাইখিবনা সিপাহিশিং অত্তনা পাক হেক হেনজিন্নকপা ঙমদে। অসুম ত্তোত্তনা পুং মরিরোম অরংপা লৈত্তনা কাপ্পরবা মত্তুংদা পুমচিক চিকখ্রে। ডাকুগী অশিবা মশাত্তনা জঙ্গল অত্ত পুমকুপ কুপখ্রে। সিপাহিশিংসু তুমশিন্নকপনা থরদমক মত্তাইখ্রে। হায়রিবা থরসিনা পেত্রোলিংগী মওংদা অসুম-২, ভপ্পা তকশিন্নকই, মরক মরকতসু অমুক—মুক নোংমৈ কাপই। হেন্দ—বোম লংবগী খোঞ্জেলসু হোনা ২ অমুক—মুক ভাই। থিত্তং শোং-পেক লাওবদা এল: এমঃ জিসু থপ্তুনা উংরা কয়া দম-দম হাইথত্তনা লৈন্নবোই নিংই। কাপ্প-২ অসুম থর-থর তকশিন্নকপনা জঙ্গল মন্নাই ম্রোশিন্নকলম্মী। ডাকুশিংসু লুচিংবা থর নত্তনা অত্তে কয়া অমত্তা মশক উবা কংথিখ্রে।

কিবম শেয়রগা লোং লোত্তুনা লৈনখ্রে, লোকচপ অমগী মত্তুংদা। রহিমথালসু তকশিন্নকলিবা মাইকৈ অদোমদা এম ত্তোহবা মেচিনগন থপননবগী খোরাংদা পুমলোই লোইখ্রে। নাকল নাকলসু অলাথান অমসুং অয়ুবথালমচিংবনা খুরক হাংদব-

মথৈ শেম-শাহনা ৈলরি, অরোইবা মতাং য়ৌশিল্লকলে থম্না থম্না। চংশিল্লকলিবা সিপাহিশিংহুস্ন হাংলকলি মথং মথং। মেচিনগন থগু না, রহিমথালনা। খুপ অমা ফাওবা অহাংবা লৈথিল্রে অশিবা মীগী মশাতনা, অল্লাবনি মরু চৎথিল্রে, লোইখ্রুমালে রাহিমথালগীদো। থংহৌদনা মকম অহুদগী চংল্রে, লৈথোক্না লৈহৌরিবা খবহুনা কাপনবি অরংপা লৈতনা সিপাহিশিংহুগা ওনশিল্লহুনা।

শুরুংগী জেল মন্নুংদা লৈরিবা গুলাপসিং অমস্তুং লৈমহলস্নু নোংমৈ মথোলগী ইনিম্না থম্মোই তনিক তনিকহল্লম্মী। অদুমক্তদা মচা ইবোহলবুস্নু কোঁহনা কপ্লকপি। সুমিৎ চুম্নগীস্নু মহাক্তবু শোঞ্জহনা ভুম্বা চাবা নাইদনা ঙাইজরক্লব মমা মপানি। মতম কুইনা শমজেং হাংলকতবগীস্নু হৌনবা ইকা ফারহনা, শংবাইমুক চাওই মকোক্তো। গুলাপসিংস্নু খুত্তপ খুহপমুক শাংলবা মকোইহুগা লোইননা, ইকা কাহৎলবা মাইথোংহুগা শিস্থরকপা পীরাংনস্নু পুমচোৎ চোংহনল্লি। মচা কাইনবগী মৈনা ল্লারবা থম্মোইদো অরোইবা মতম অত্ত ফাওবা "অমুক্তং" উনরমলগা সংসারদগী মতম কুইনগীদমক্তা "বিদাই লৌখ্রগে" হায়না থন্দুনা, ঙাইনা ঙাইনা লৈজরিবনি। চহিশু ৬৫/৬ মপুং হেল্লক্লবনি। অল্লাবা মৈনগা চুবনে, শুরুংদগা লৈবনে, অহনগী মতমগস্নু ওয়শিল্লকপনে, মতৌ নিকথিবনস্নু ল্লা ঙাংবা ফাওবা থোকথিল্রবনি। মিকুপ অমফাওবা নে তাবা ওয়থোকথিল্রবনি অহুবু ইবোহল অমুক্তং উনখিগনি থন্দুনা ল্লানা লেম্দুনা ঙাইজরিবনি।

মতম অসিমক্তদা জগৎসিং ডাকু চংলক্লুনা, অরা ম্রুংভাই পাওদমনরগা করিগুম্বা অচাপোৎ খর চামিয়ৈ গুলাপসিং অমম্বুং লৈমহনদে। "ম্রাক্নরগম্বু ঙসিদি নচা মুপা ইবোহলগী চেংলো শকতম উবা ফংজরগনি হায়জুনা অহল ওয়রবা মখোয় অনিদা পাওদমজরি"। মতম কুইনা য়োংহিল্লং খাংলবা মখোং মথুংতুন অমুবা ডাগ লৈরি। থাদোকদবগী হেক হৌরকপদা তুংনগী অয়ুবথাল চংশিল্লকতুনা থাপতক্লা লাওরকই "কনানো"। হাক পাক চংশিল্লকতে। মরুম অমদা য়েংহুনা অতম মরৈরি। ডাকু জগৎসিংনি হায়বসু চপ চানা খংল।

খোঞ্জেল অসি তাবদগী জগৎসিংনা অতোপ্পা অশাংবা মমম অমা ফং লাওনা হাপচিন্দুনা পানশিনখিবা অংদা খংহোদনা রহিমথান ওনথরে। অয়ুবথাল খাই লাওই, মীকুপ খুদিংগী শাওবনসু মশা থক থক নিকখিহনা চুম্না লেপহবা ফাওবা ঙমখিদে। হাংলগে মতাগুম অশাওবগা লোইননা ফিকি কামহনা নাকল্লগী শজিন শংলগা রহিমথান তাননা চংশিল্লকই।

মতম অসিমক্তদা অলাথানসু পীস্তোণ্টহু মথুং য়েংনা চেংনা পাইরগা, এম তোহনা চংশিল্লকপহ রহিমথানন উই,। রহিমথান নাকন অমদা মমাইদো লৈশিন্দুনা থংশিল্লদবা শারহুনা লৈরবদগী, মবুক্তা থেংলিব ছুরিদা, শংপগ, লংবগা, মুংবগা চপ মাম্নখিহনা খুদক্তুদা অয়ুবথানগী মবুক নাকচেপ্তা জক লাওনা পান্দুনা, থুম্না চংখিবগা লোইননা লৈমাইথক্তা হাইখথি। অশাওবনা মচা কাওবা মশক খংথত্রবা অলাথান্না পীস্তোণ্টহু মুক্তুনা

চংলক্লগ', এম তৌহনা তিংখন থপকে তৌবদা, তুংলোমদগী সিপাহিশিংগী লূচিংবা মেজোর অহনা পায়রকলিবা পীস্তোণ্ট অহুমক্লা অমুক্তং থপখিবদ' অলাখানগী নক্সদা পানখিহনা হাইথক্রে ।

অশাওবনা ৈম হৌরিগ: লূচিংবা মেজোরহনা নহা অহল থাক্তনা অঙ্গলহুদা ৈলরম্ব: খুদিংমক লোইনা হাংলক্লবনি । ফিংনা চংশিল্লক্তুনা কৈগুমশংদা লৈরিবা গুলাপসিং অমম্বুং লৈমহল অনিবুম্ব ডাকুগী মগুংদ' অমমমনি থস্তুন', পায়রিবা পীস্তোণ্টহনা অনিরক্তং থপখিবদা, হাইথু—হাইথূতনা শিরে, অরোইবা ওয়না মচা ম্নপা ইবোহলবু অমুক্তং কনথি থোকনা লাওরম্নগ । খোজেল অসিনা মেজোরহগী রাখলদ' চিংনবা ওমথৈ লৈখিত্রে । অ৩মক্তদা পীস্তোণ্টহু রহিমখানদা ওনশিল্লুনা তিংখন থপখিবদা মক চংখিত্রে লোইরমারে । মবুক্তা থক লাওনা থেংচিম্নগা নাকল্লগী খোগ্রিহ শস্তোরক্তুনা হাংলগে মতাগুম শাওবনা লূতোন কাখিবনা থানা য়েংহনা চংশিচ্‌বদদি থংহোদনা জগৎসিং ডাকুগী মাইথোং ওম্নরমলে । মাগী পুক্লিংদা থনত্রে মহুদি থম্নাই হিংনিংহনা জগৎসিং ডাকু অমুক শারিবনি । তৌবদদি মেজোরহবুম্ব হেক উবমক্তদ' মহাক্লা মশক থংগ্রবনি । মথোয় অনি য়াংমরে, থিম্নরে, মেজোরহস্ব ওমৈথ লৈতনা শাওথ্রে, করেম্ন-বগীদমক্ত' । রা ডাংথোকপা ওমত্রবা আয়ুবখান, অলাখান ১দি গুলাপসিং, লৈমহলস্থ মথোয় অনিগী লাঙ্গো মমিৎ তক্ক-তক্ক পাংহনা য়েংলি । মম্না কাথংপম্ব ওমখিত্রে, মৌংলুমদগী শিহম্নকপা

পীরাং নত্তনা। মখোয় অনি অশম থিনরকপদা জগৎসিংন্না থাং মুনখিদ্রনা মেজোরহুগী মথবাক্তা ত্তোংলগা থিদ্রগে ত্তৌবদ', ঙমজ্রে, করি রাথল লাক্লবা ঙাংনো। মোমোন নোক্তুনা "ঐনা নংবু হাংলোই" অসি হায়রগা থাংদো থাপ্পা লংখোকখিদ্রনা মচি অমদা হন্দোক্লগা য়ান্না নিঙমদনা ফমহনা লৈরি, মীৎলুদ্গী শিঙ্গরকপা পীরাংগা লোইননা। মত্তাংসিমক্তদা লৈরোই-লৈক্লাই. করা শেংকাত্তনা মতং-মতং ওয়বা রাহৈনা মখাগী অস্রা অলাখাগ্রা হায়রকই, মীৎলুদগী অরংপ' লৈত্তনা শিঙ্গরকপা পীরাংগা লোইননা।

"ইত্তোনগী ইবুংঙে' জিত্তেন, নংন' ঙসি নপাবুং ১দি নমা হাংখিবগী লমন শিংলিবা অসি ঐ রান্না পেল্লে। অহিং অহিংদনা অস্থ্রবথাল কোহুনা ডাকুশিংগী লুচিংলিবা, অম্বুক মুংখিদদনা সেন হায়না থংনরিবা মীশক অসিবু .মংলগা ইহৈমা লুরাংবী অমসুং তাযো গোপালনা রান্না পেন্নমলগনিকো স্বর্গদা"।

অম্বুকস্থ লুচিংবা মেজোরহদা য়াম্না মুংশিনা রেংলপা, মীৎলুদগী পিরাং তৈত্থোক তৈত্থোক্লা অবোইবা রাজাংদা শত্রু লকক ২ জোনা মথা শমথরকই।

"ইত্তোনগী ইবু'ঙা ইবোহল, ন'বু অহল লমন কাইনহল্লুনা ওং-নৈক্লরবা মমাংদৈঙদনা প্রেমসিং হৌজিক্লা অলাখাল্ল হায়না থংনরবা, জিংতেনবুস্থ রহিমথান হায়না কোহুন চাওখবা ম্লোকখকপা ঐহাকসে ঙসিদি নংন লমন শিংল্লে। ঈশ্বরদগী চিৎনা ইতৈমা লেমহল ১দি তাদ' শুলাপসিংনস্থ স্বর্গদা কাম্রি-

চাই লৈতনা পেল্লমম্লগনিকো।"

মতম-২ ওয়্রবা য়াহৈ থবসি হায়রম্লগা প্রেমসিং হায়বদি অলাথান য়া মথা তাথবা ঙমখিদ্রে। ভুমিন্না লৈরে। ভক ভক পাংলিবা মীৎতুনা অরোইবা মিৎয়েংনা অকোইবদো অমুক্তং ঙমবোই ঙমদবোইদি যেংলম্লগা মতম কুইনগীদমক্তা মীৎ উইশিনরে।

য়ারী য়াথোং কয়া অসিদগী হৈবোহলনা চপ চানা থংলে। য়হিমথাল জগৎসিংবুস্থ "জিতেন ময়াম্বা" ওয়্ররমলে, মপনথোগী মচা। অয়ুবথাল মশামকস্থ, অমিনাগী মপাবুং মেঘর সেয়নি হায়বস্থ চপ চানা থংলে হৌজিক্তি। জিতেনবু অহানবদা ডাকুশিংনা ফাহুনা পুঙগা, মমা মপা হাতোক্লম্লগা মথুয়া প্রেমসিং হায়বদি ডাকু অলাথান্না য়োকলকপা অহু কাওবগী য়ারী তাহললে। অতগী মথাদা লমন থুম্বা য়োশিনকলে। মতম অমদা হৈবোহলনা মমা লৈমতল অমদ মপাবুং গুলাপসিংবু ডাকু জগৎসিংদা শিন্নরথদো ঙসি মথুং মক্ত হাংলবসিনি হায়বস্থ থংহনবদগী মীৎলুদগী শিন্থরকলে পীয়াং জর—২ য়ান্না নিঙং মলক্তবগ লোইনন। মমা মপাবু চেনশিন্দুনা ওঃ খোংনা কপ্পগা কোনশিল্লুবদদি দেহে য়াওক্রবা হবচাং পোলাং ওয়্ররমলে। কপ্পা ২ অনিকপা য়াহনা অভাওবগী মওংদা অশ্রুম্না হায়দোকখিরম্মী।

"মপা মমা ওয়ররবাসিংনা মচা ওয়বসিংবু চাওননবা য়োক্লকপদি, মচাগী গুত্তা মোতকম ওয়য় তমজ্রবোইদো।"

অসি হায়না—২, শুং-শুং লাওনা খোঞ্জেল হৌনা কপ-লকলে। জিতেনস্মু অসি মঙাই। মাইখোংহ্ হাইগৎখিত্রে, লুকথহুনা অহুম মকপলি পীরাংশিংদো লৈমাইদা তপ-২ তাহুনা। মাইকৈ মরিদা নোংমৈ কাপ্পবগী খোঞ্জেলস্মু মীকুপ খুদিংগী অস্সুম নকশিল্লকই।

অতোপ্পা সিপাহি কাংবু অমমুক ডাকুশিংগা মাইয়োক্লনবা খোমজিল্লকলিবনি। খোঞ্জেল অসি তাবদা য়াম্ন নিঙমদনা হিক-হিক কপ্তুনা ইবোহননা জিতেন্দ', মতেক মতেক ওয়বা য়াহৈনা মথা শম্মথবকই।

“তামো নহাক মক্‌ম অসিদগী থুনা চংপিব্রো। ডাক অমনি থন্দুনা কারণ শোয়দনা পুব্রগনি। য়েংঙ, চাওরবা তেঙ্গোল অমস্মু খোমজিগ্রকলি? ভারিয়ান চীংশাংগী অশোম থংবা নাকন্দা লৈতেম মায়বা খেল অমা লৈবনি। মহুদা ভাইবীরস্মু। ননাওস্মু থুনা লাকচগে।”

য়াহৈ অসি তারগা জিতেন্দ্রস্মু হেম্মা হেম্নঙম হীক হীক কপথৎলকই খোঞ্জেল হৌনা। কপ্পা কপ্পা য়া মচেৎ অমা ফাওবা ভাংলমদনা তপ্পা তপ্পা খোং থাংদোকখ্রে। অয়োয়বদা অমুক্তং ইবোহলদা ওনশিন্দুনা অসিমথক্তংদি হায়রক্লম্মী।

“ইয়াম্বগা ইবুংঙো ইবোহল হৌজিক্তি ঐ য়াম্না পেন্নে। লমন থুমলে ভাইবং ফম্পাকথকসিদা।

হৌজিক্তি লাইরমলেনগীদমক্তা ঈশ্বরনা থৌজান-
বিরসন্থ। সে: থুন' লাবউ, চায়রিবা মফমদুমক্তদা
ঐ ভাইরমগে।"

ভসি হায়দুনা বপ্না কপ্না মথমদুদগী খোংশানখিবমা মাংখিবা থরহৌজে।

মেজোর ইবোহলস্থ থনজিন থনজিল্লুরে হাক্সরগা নোকথো-রকলে। মশাবু মশানা মশক থংজখিজ্রে।

অঙাওবা মীশক অমগা প,ংথক ওয়রে। থাজিলেংনমকস্থ অঙাওবা অমা চপ চান ওয়রে। পুন্নমকপু য়েংল-য়েংলগা অহুম মরৈরী। মথল কয়াগী রাথল তোরকলে। মমাগী অমুক মপাগী অমুক, জিতেনগী অমুক, ডাকুশংগী অমুক, মশাগী অমুক, জ্ঞান অমত্তা তাখিজ্রে। থন্না থন্না অমিনাংস্থ নিংশিংলকলে। উন্নানং বনস্থ থম্মোয় মরাং হৌখিবদা ফমথহুন লৈথোকপা ভমশিল্লকতরে। মুংগী মূর্তিগুম অমিনাগী রাথলদা তাওহুনা লৈজে অথম্মক।

মতম অসিমক্তদ "পাবুং পাবুং কৌরহুনা, মশম মনা ইফা-ফা, পীরাংনস্থ মাইথোংদে পুমচোং চোং, নিংব কাইনা, ইবোহলনা ফমলিবা মফমদুদা চেনশিল্লকলে চংশিন্দুনা ওঃ খোংনা কপ্পগা অশিবা মপাবু কোন্দুনা কপথরে। মতৌঙদা ইবোহল অমুক্তা হেন্না থম্মোয় কাইথরে অমনাস্থ অহাওবীগুম লৈথিবনা ইবোহলবু মশক থংখিজ্রে। মুন্না য়েংলগা খোঞ্জেল নিক্কা নিক্ক হায়রকই।

"নং ঐগী পাবুংগী থরাই লৌথা মীশক্ক"
"নত্তে"।

"অহুদি মক্নসিদা করিগী লৈরমগি।"

"নংবু ঙাইরমলিবনি"।

"হাঃ হাঃ হাঃ নংদি ঐগম্বু করিমত্তা মরিস্থ থোক্নদনা।"

অসি হায়রগা মপাবুংবু হেন্না হেন্না কৌহুনা ভেংথারক্লি। ক্না খেন্মী অহুবু মন্নাখিত্রে। মতৌচদা ইবোহনগী থম্মোয়দস্থ অমুক্না হেন্না খুঙাইত্তবা ফাওরকলে, হায়দগী লিশিং চাম্না। মাগীদমক্তা পুমকাও ফাওব্রে, সংসার অসি ফাওবা। মী অমবু শক্তিনা চুমথোকপব্দি, পাওভান্না চুমথোকপনা মতম কুইনা জ্ঞান ভানা লৈবগুম, মহাকম্ভ অমিনাগী রাথলদা ভাওথব্রে, পুন্নমক্কী রাথল থাদোক্তুনা। হায়রগী নিংবা কাইবা অমম্ভুং নিংঙমদবা রাথলশিংহু অমনাগী রাথলদা পুল্লপ লৈশিনখিহুনা মপুং ফাবা অমা ওয়ব্রে। মাগীদমক্তা লৈথোং থোনবদা লৈবাক থর ভেংবাংবীবগুম থোকখ্রে। থংহোদনা অচেংপা রাশক অমগা লোইননা, রা মথা শমথয়কই।

"কন্নগন্থ অমিনা, নংনা ঐবু মশক থংত্রে। নংগী নিংবা থুনবগীদমক্তা নপাবুং হাংথিবা মীশক্তো অকংবা মক্নদা লোইশিনগনি।"

রাহৈ অসি হায়দোকপ্রবা মতুংদা অমুক হেন্না মীৎলুদা পীরাং শিন্দ্ররকলে। মশা থক থক নিকখিহুনা রা অমুক ভাংবা থোকখিত্রে। লৈমাইথক্তা ম্নেংহুনা তুমিননা কপ্তুনা লৈব্রে। হিক হিক শিন্দ্ররকপা পীরাংহুগা লোইননা—

রাহৈ অসি তাবদা অমিনা থরগী মথৌদি খুংজাইজৈ ঃ অহুম্ব

য়েংখি-১ খুদিংমক্তা অয়াবনা হেনখিজক্কুনা অমুক মথা শমথরক

"নং কনানো" ?

"ঐ মীয়াংপা ইবোহলনি"।

"নং ইবোহল"।

অসি হায়রুনা অমিনা য়াথল চাইহাক ভোত্নুনা মাইথোং

লৈথারোমদা ওখি। অমুক হংগৎলক্কুনা মুয়া অমুক য়েংই।

"নং মেজোর ইবোহলনা ?

মানি মেজোর ইবোহলনি,

অমিনাগীদি থয়াই।"

অসি হায়ত্নুনা চেৎনা কোনসিনজৈ নংহৌরোই মত্তাগুম।

নৌহোনা কুমগী নোং লাকপগুম ইবোহলদু অমিনাবু চেৎ

কোনশিনজৈ।

অমিনা ইবোহলগী য়াথলনা মরুনি। মকম থংখিদন

অরেম্বা কংখিত্রবদা, কনা লৈত্রেকো খন্দুনা মপাবুংবু খিরকপনি

মীকুপসিগী মমুংদা থংহৌদনা হয়াং ভয়ায়না থুগহৎখ্রে।

অমমুং মপাবুংবুমু কাওংথোকখ্রে। মত্তাংসিমক্তদা ইবোহলনা য়া

নিংগম-নিংগমদনা তপ্পা তপ্পা মথা শমথরকই।

"ঐদি য়াশকখ্রে, নংগী নপাবুংগী লমন ঐনা শোইদ

শিংগনি।"

"য়াশক অচু কাইথ্রসহ্"

উরুনিংবা অমিনাগী শক্তমমু উরুরে। অচুবু থনজিন

জিদুরে হায়রগা হেমবা হেনবত্নুম অয়াবা কাওরকলে। মমক মম